# তরেৎ লৈম

(তাঙ্কক অনীগি লীলা)

## অহানব তাঙ্কক

হিদংময়ুম গোকুলানন্দ শর্ম্মাগি মৈতৈ য়ুমজাউগি মাঙ্গোলনি। ফমেন্দ হিদান মচা অম থাই। লুখু দ হিদাকপু অচৌব অম তোংজ্ঞেগ লোয়নন খিল্লি। য়ুম অদো মল্লে অমস্থুং নান্দ্রে। শেমজিনবিদবদগি ফক্লাং মচেৎ মচেৎ নিংখায়বস্থু য়াউরে। পুং মরিরোম তারব নিংথমথাগি নুংথিল অমনি। পুকচাউ শর্ম্মা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুন মবুক অনোয়বদুদ মখুৎ অনিন নান-নান্দুন লৈবম্মি। থক্লিং চানিংবগি খৌরাংবন মপূক্লিং লৈতারমদে। পুকচাউ (চহি ৩০ শুরব) ফিজম নোয় চাউই, কুচু মুই, মমায় ইপোম পোম্মি, ইকা কাহৎলি, লন্ন মকোই হোই, চমোৎনৈ, মমিৎ ঙাংশং ঙাংঙি, মচিনবান চাউই। খংগ্রাউ অমোৎপ, খুঃউদ ময়েকলান ফোৎলব অম শেৎলি, ফুরিৎন শামতুগি সিপাইন লিৎলগ্ন খুৎনিংদ শেগায়রব অম লিৎলি, খোঙদনা হৱায় চেপল মতম কুইরব খোংয়াকাস্থু পারবা অম তোংঙি। মখোঙ কন্ন কন্ন ফুক্লগ থাংচনা চৎপদগি য়েথংবা ফেনাৎ মরী তৎখ্রে, মখুৎ য়েৎন লৌখৎলি, মুন্ন শংত্রিক য়েংঙি হায়ফেৎ শাউনিংন। মাখন লাকই।

**মাখন**—অজ্জা পুকচাউ!

**পুকচাউ**—[ তুং হন্ন য়েংথোক্তূন ] মাখন ভাঈ।

**মাখন**—খোংউপ্প আন্দোলন তৌরম্মিরো?

**পুকচাউ**—হোয়। অহিং নুংথিল খাক্তন নোংমত পোথাব ফংজদন নংগি সাসন মখাদ হিংজরকপ চরা হেনমনবন য়াং অসি

খুবীমুক্ত ঙাইগ্রে। ঙমজররোই, নংদি তমথিমল্লি, য়েনখাদ পুন্সি লেঞ্জরুরগে হায়ন ঐঙোন্দা মহাক্লা তাল্লম্লিবা দাবী।

**মাখন**—মহাক্কি ফিভম য়েংলুরগদি মহাক্লা তাল্লিবা দাবীদো পিবিভম থোকই, মনিং তমহন্দুন য়েনখাদ লংশেকপিবা য়ারে। অত্থবু, অজ্ঞা পুকচাউ, সাসন পায়রিব অজ্ঞা পুকচাউ মতিক চাদে হায়বদি তৌহৈদে। অমমুক লৈবা ঙমদ্রিফাওদি ওৎ-নৈত্তন মাবু শিজিন্নখি তারি, অতৎপ মরীত্থ শমজিল্লগ।

**পুকচাউ**—অত্থনে [ লৈবাক্ত শাফু কন্ন থাদে ]

**মাখন**—হুমিত্তি তাশিনখিদোরে। ঙসিসি ইমানিবু কমদৌসি হ'যবগে অজ্ঞা পুকচাউ ?

**পুকচাউ**–ঙসিদি ঐবু য়েরুম মাবে মশা নারেনে ভাঈ।

**মাখন**—ঐস্থনিনে অজ্ঞা পুকচাউ। ওন্থোক্ল রান চেংফু মন্থংদ ইমান লোৎপ লুপা ময়েক তম হুংথিল তাল্লক্ত লৌ-থোকচরবনে। হুংঙাইরদন, অজ্ঞা পুকচাউ, ঙহাক উইরোন উইরোন তৌরুরগ পরপ পরপ থোকচরক্লে। ঐন কোন্থোং অহুম মবি লান্থোরক্লবদ, ঐহাক শ্বাই লাউই, ইমান তুংদগী লাক্লকপু। খাংচেৎকা শেত্তন কৈদনো নান্থোকখিদৌ তান্নরক্লশ্মিব। লাংদ থুরব উচিগুম্মি। অহানবদদি লৌদে লৌদে চেল্লম্মি। য়াক্লব খোঞ্জেলন থিদরকপ মত্থ পুরব রাহৈন ঐগি নাক্লোং অনি অসে শেগাক তারবোই নিংগ্রে। ঐ চেল্লম্নিরা খনখ্রে। তাঞ্জাত্থদ, অজ্ঞা পুকচাউ, শম্বল মরুমদ মৌ নহা অনিখক শুমাং লীলা অসি ফন হুংঙাই খল্লুরব্র থিক থিক নোক্তন লৈরম্বদো উক্লরে।

হেক ইকাইখিদন মিৎ-ন চেৎ-জেৎ উইশিল্লগ ফুরিখাউদগি লুপা ময়েক্তু লৌথোক্লগ তুংলোমদ লংশেক্লম্নগ চেল্লকপু।

**পুকচাউ**– ঐ ওইরদি লংশেক্লম্ব হায়য়ে। চেল্লকদৌনি পুরগ। ঐখোয়গিদি লুপ অম ত্নি লৈরগ য়ারবনে।

**মাখন**—অতুনে হিদাক্কী রাদনে। মারীনবগি রাদি থুম খর লৈতোন্দ থাদর লোইরে।

**পুকচাউ**–থুমকা ইয়াউ য়াউদ্রবসু কংথক্তন হৈনজর-পোৎনিদ। ( ফিভম হোংলগ ) ঐদি নোকপু নোক্লিংঙিয়ে।

**মাখন**—করিনিনা অজ্ঞা পুকচাউ ?

**পুকচাউ**—থকপদি শিকি অমত, চাবদি হাওপোৎ অম। সিবু নোক্লিংদ্রো ?

**মাখন**—অতুনে। পাম্মুবি। মখোয়গি চাবদ চংখিব পৈশা অতুন ঐখোয়গি নুমিৎ মঙানিগি হিদাক্তি ফংলনি হায়রিব।

**পুকচাউ**– অমরোমদ ঐখোয়সে ফগ্রপোৎনি। সের অম থক্সু ঙাওবিদে। নত্তে, জ্ঞান অতুম তাতনা লৈ হারমি।

**মাখন**—অমুক্তা ঙাওগে হায়সি থকচিল্লিনখৈ ময়াখিদ্রে।

**পুকচাউ**—কান্নদে ভাঙ্গ চৎসি। খোলা খোলাদ চংহুন খঙন-চান্ন থিরুস্রি, নত্রগ খুঙনশিন্দুন য়াত্ন তৌশিল্লগ ঙসিদি খর থক্লব ত্তোরুস্রি। হেরা, ( ফিভম হোংলগ ) ঐখোয় মহৌশাগি হৈনবীদো ?

**মাখন**—সুক কুইন নু থক্লব ঐখোয়নু পৈশা. হৈশানা ঙসিদি তোক্লে হায়বসি ফন ইকায়ব রানিদ।

**পুকচাউ**—উতুবীন উদ রাদ হুত্তুন মহুম শাব হৈতে হায়ব তারবদি পুকচাউ মাখন অনিগি ...... ।

**মাখন**—( ওক্কুন ) তাঙলব ইজ্জৎ ইকায়খঙদবী নোঙ্গৌবীদ য়োন্থোকলু তারিব্রো ?

**পুকচাউ**—ভাঈ, চিন য়া পূন্নমক মরেং মরেং চৎলক্লে । য়ুনম তাদ্রবদি হকচাং অসি তেকখৎলু য়ারোইদৌরি ।

**মাখন**—( মঙক হায়ত্নন রাখল খল্লুরগ ) লৈরে, লৈরে, অজ্জা পুকচাউ, লৈরে উপায় অম ।

**পুকচাউ**—( খঙনিংন ) করি উপায়নিন ?

**মাখন**—পুক অসি কংখৎপমখে থক্তোকলুসি ফুন্দ্রে মতৈ মনাওগিদ । চৎলমদাই য়ৌরক্লবদ, অজ্জা পুকচাউন ঙাওব হেক্ত হৌবিরকউ রা কন্ন কন্ন ঙাংত্নন, মহাদেবন তাইবং অসি মাংহল্লগে নিক্লকপগুম ।

**পুকচাউ**—মত্তস্থ মফজৈ, নিয়ম অমদি মচুম্মি ।

**মাখন**—ঐন সোমদ লিক্লি, গিলাস অফং অফংব লং লংত্নন থুগায়গে, অজ্জা পুকচাউন শারকপ জগোইগি তান্দো ।

**পুকচাউ**—সাবাস ! পুকচাউ শৰ্ম্ম ঐগি অশেংব মরুপ্তি মাখন ভাঈদনি । ভাঈ ! শিমিন্নশিকো ।

**মাখন**—এঃ এঃ শিমিন্নদদিকো । হয়েং ঐগি ঙরং ঙরং চাক্লিব কূ মথক্ত হেক্তমক চোংশিনবিরকউ । হুমাই পায়রগ য়েংত্নদি লৈবিগনু ।

**পুকচাউ**—থাজৌ ভাঈ, পুকচাউ শৰ্ম্ম মরিংজেল মতা অমনি ? থাজদ্রো ?

**মাখন**—করিগি থাজরোইদৌরিবনো গিলাস অমতদ থকমিন্ন-রিব মরুপ্নি।

**পুকচাউ**—অচুম্বনি। কনাগুম্বন ঐখোয়ন ঙাংবসে মনাদফাও হাপ্পিদে।

**মাখন**—হেরা, মখোয়ন খঙদ তৌরিনি ঐখোয়ন মখোয়দগি হেন্ন শিংঙি হায়বসে। রারোরুম্, তপঙব মখোয়ন ঙাংব রাবু।

**পুকচাউ**—গঙ্গাজলগুম শেংলব ঐখোয়নে। ( চন্দ্রাবলী ইমুংদ থোংজাউ মরুমদ মখোয়ন ঙাংন শরুরিবহু তাত্তন লৈ ) সংসারগি অপাম মুংশি, অকে-অমৌ, কল্লক-য়েংথিব, ঐগি মাগি ৰাখল পুন্নমক ত্যাগ তৌজরব ঐখোয়বু অঙাওবনি লক্লগে থৌরাংলিবশিংদো......... ।

**মাখন**—( ওক্কুন ) হয়েং যম লৈবাক্ত ঐখোয়ন দ্রুত ওইরগ মঙকশমদ থৌরী থুরগ য়ু পিথকসে।

**পুকচাউ**—পিথকসে। ( নোকমিন্নে মথরায় তান )

**মাখন**—হুমঃ অউবন ঐখোয়বু থকসু থকত্রিঙৈন ঙাওই হায়নগ্রনি, হান্ন অমুক্ত য়োৎলুখিসি।

**পুকচাউ**—অত্থুদি চৎসি ভাঈ। (লেঙ্গোনমিন্নে, চৎকে তৌই। চন্দ্রাবলী ( চহি ২৩ শুরবী ) ইমুংদগি থোরক্ল গ মখোয়দ অমুক ফেনাৎ অতৎপ অত্থুদ অমুক য়েংঙি। ইল্লিব ফি অত্থুগি মচি অম হাইগৎত্তুন মকোক খুন্নগ )

**চন্দ্রাবলী**—( হায়ফেৎ শোন্থাংনন খৌদেম্মি ) অজ্ঞাবু...... তাবিরিব্র অজ্ঞাবু।

**পুকচাউ**—( নোক্লম্বদগি খংলেপ লেপতুনা তুং''হুম্ন য়েং-থোরকই ) হাঃ করিনো ?

**চন্দ্রাবলী**—পাবোত্তগি নাম তাহৌরব মণ লামচা অম কন্ন খোংলি।

**পুকচাউ**—( ইঙক ঙক্ল ) কদায়দ খোংলিনোনে !

**চন্দ্রাবলী**—লৈবাক্ত। অদুগ অজ্ঞাগি খোঙ য়েৎথংবদু তেরা ককচেংন চিক্কদৌরে।

**পুকচাউ**—কদায়দনোনে হাঃ ( মখো৲ য়েৎতু থাঙ্গৎতুন কোয়েং য়েংঙি )।

**চন্দ্রাবলী**—অসায়মখৈ খোংলিব মণ লামচাদু সিদ লৈরে ( অতৎপ ফেনাৎতু লৌখৎতুন ) ঐ ফাজিঞ্জরুগে তেরা ককচেং চিক্তনব। ( ইমুংদ চংখি )

**মাখন**—( অসায়মখৈ ঙক্লম্বদগি ) ইঃ অদু ওইরেকো নতৈদ অতুক শাথিন লক্করিতুদি।

**পুকচাউ**—( ইঙাও ঙাওন ) হুলায়াবী ইনাও হুপী নত্তে ইনাও অতোনর্ব মহত্তন পুরকপ তরুকওরী চন্দ্রাবলী।

**মাখন**—( য়েংথোকলুবদৈ ঊবক্কতুন ) অজ্ঞা পুকচাউ, তজ্ঞাহুন লাকএ। ঐ খোক্লল্লগে।

**পুকচাউ**—পাবুং লাক্ল কৈদোগে ? থোকামন্নসি।

**মাখন**—হুমঃ ঐ তল্লি। অসুরাইদ ঙাইরমগে।

( মাখন থোকখ্রে )

**পুরুচাউ**- ফরে ভুদুদি ঐসু খোংউপ লৌথোকলুখিগে। (পুরুচাউ ইমুংদ চংখি। গোকুলানন্দ মখুত্ত খাবৈ চেগপ, শেগ্রাক্ত এক্টারী অমচন্দ্রদন মাখন্ন থোকখিব অতোপ্প ন্নাইকৈদৈ চংলকই। চহি ৫০ মুক শুরব অহলনি। চংলকপদ মনিংতু মাখনলোমদ থমতুন মুন্ন য়েংদুন লাকই।)

**গোকুলানন্দ**—হুরানবদৌন মনিং তেকথোকতুন হুমিদাংবাই সিদ শম্বল ফাওদন চংখ্রিবসিবু (ইমুংদ ওনশিন্দুন) হায়ঃ চন্দ্রাবলী শাবী, কনানোনে চাক্তাং পান্থাসিদ লম্বী লাম্ন ফাওখ্রিসিবো?

**চন্দ্রাবলী** - (মখুত্ত ফেনাৎ অতু পায়দুন বন্ন যাজিনব হোৎনরি) কনাসু নত্তে, ইতৈহনগি মরুপ্নি।

( গোকুলানন্দ খাবৈ চেগপ ফন্নাং থোংজিন ময়াদ ভাশিল্লি, এক্টারীন ফমুং মথক্ত।)

**গোকুলানন্দ**—(মমিৎ শুক্তোকুন মাখন! মমান খোংবাল ইশিংহৌরি তেংথাদুন। বরি ঙাবু ফারিবনো মাখন 'মা নংন তেংথা নাওইন শিংলিব খোংবান্দুবু হায়ন হংলুরি। ঠাকুরদাস ননাই লুপা ময়েক অমত ফাজগে, খুন্নকইব। ঐদি মাগি মহৌশাগি অঙাওবদু হৌরক্লবোই নিংদুন বিবোই লাকপোই থুন য়াংন চেল্লকই। অদুগদি লম্বীদ নামোইজম তাতোন্দ হংলুবদদি মাখন্ন থুরম্ব লুপ্পা ওইরে।

( ফিইরদগি লুপা অহুমখক পরপ পরপ লোথোকই। মী কোয়রুপ কোয়রুপ য়েংঙি ইমুংলোমদ। লোৎশিল্লি লুখুমগি

মোনপাক মখাদ। মতমতু চন্দ্রাবলীদি ইমুংদ চংথ্রে। অতুগ পুকচাউ চৎকদবগি থোরকপনি। মপান পৈশা লোৎলম্বতু উবদগি ইমুংদ অমুক চংশিন্দুন থোঙজিন মরুমদ লৈশিনখি।)

**গোকুলানন্দ** হায়ঃ চন্দ্রাবলী শাবী, কনা কনা লৈরি?

**চন্দ্রাবলী**—( ইমুংদগি থোবক্লগ ) কনা 'মত লৈতে। ইতৈহনসু হুজিক্ত থোকথ্রিবতুনি।

**গোকুলানন্দ**—পুকচাউবো? মাখনগ চৎমিন্নখিবর?

**চন্দ্রাবলী**—তা মাখন্ন হান্ন থোকখিবনি। ইতৈহন্দি হুজিক্ত থোকথ্রি।

**গোকুলানন্দ**—মনিংথোংলোমদ?

**চন্দ্রাবলী**—নত্তে, মমাংথোংসোমদ থোবখিবনি।

**গোকুলানন্দ**—ঐবু উহোদেদ, বদোমদনোনে হাঃ?

( পৈশা লোৎপ মফমদুদ ফলপ ফলপ য়েংঙি )

**চন্দ্রাবলী**—ঐখোয ইতৈহনসি হনুমান মন্ত্র হৈবব করিনো চেনমাং চেনমাং মাংব ইতৎ তত্তুন থেংনৈ। ( ইমুংদ চংথ্রে )

**গোকুলানন্দ**-হায়ঃ চন্দ্রাবলী, ঐ শনি খুরুম্ব চৎলুগে, ইমুংসে চেকশিন্ন শংলম্মু। খুবক্ত হুরানব লোৎলবনি। কয়াদ হৈরিবনোসে। নুংথিলসিদবু ঐ উহন্দন তুমিন্ন চৎখিব ঙস্ব হুবান-লোনচং চৎপ তাকু ঙাক্তন শৌগ্রি লিংগুম লিংলব ইমুংনে। চেকশিন্দব য়াব্রিব্রো। ( মোনপাক মখাদ লোৎলুব পৈশাতু লৌথোক্লগ হিদাকপু মখোঙ মখাদ অমুক লোৎশিনথ্রে)

**গোকুলানন্দ**—হায়ঃ ঐ চৎলে হায় (চৎকদবগি মমায় ওন্থোরকপদ যণ চংব উত্তন) ইহেঃ ইহেঃ ইহেঃ চাখ্রেনহায় মরোয় নাপাকপী মতৈ মনাওদং থাজবসে। (চেন্ন চেন্ন) হৈ ন-হায়ঃ হৈ-নে হৈঃ হায়বিমক্তদ।

(পুকচাউ থোঙ মরুমদগি থোরক্লে। য়েৎ-লোম মায়-রোম হন্ন য়েংলম্লগ হিদাকপু মনাক তান্ন চংশিনখ্রে। কোইথি থিরক্লে। মমৈথংদ হিদাকপু মখোঙ থাঙ্গৎলগ লুপা অত্থুমখক লোৎলখহ্ন লৌখৎতুন ফুরিৎখাউদ হেক হাপচিনবগ খুৎলোং শর্ম্মা মতোমত মুরুম মুরুম শোল্লত্তন চংলকই।)

**খুৎলোং**—(পুকচাউন তৌরিবহ্ন উদে) দাউসি ওন্থোক্ল য়াখিদ্রেদ। ওন্থোকপ মী অমগ থংনন ফম্মুদন blind বু অত্থুক চাউন counter গ counter গ তৌশিল্লকপত্থুদদি দস ব্লফ নো ব্লফ ঐঙোন্দদি বোর্ডত থাংবদ মরু ফুকখ্রে।

**পুকচাউ**—(কাংখদ কোইয়েং য়েংহ্নুন) উচিনে হায়দন কয়া চাউখ্রে। থা তম ফারে ঐন মাবু লুম্মকইব।

**খুৎলোং**—চাউখ্রবনি তাধন। বিলায়তী উচির করিনো অত্থুরাইদ লুমহ্নুনদ লৈবনি।

**পুকচাউ**—মসি হেক হাত্রিমখৈ ঐ থরায়সি হুংঙাইদো লৈত্রে (যুব হৌগৎতুন থোকখ্রে)

**খুৎলোং**—করিনো মান ইমুংসিদ নৈরিবসি।

(খুৎলোং (চহি ২৮ শুরব) পায়জনা অম শেৎলি, ফুরিৎ চোত্তক তৌব পুময়াৎ নত্তব অম লিৎলি। মপাগি ফমুং

মথকুদ ফমথৈ স্বর শাংন হোন্দোক্লুন। ফুরিৎখাউদগি কোইমা মারুরগ বিড়ী অম লৌথোরকই। মৈখেত্তি য়াউদে।)

**খুৎলোং**—( ইমুংদ ওনশিন্দুন ) নুপীমচা, চন্দ্রাবলী, মৈ-খেৎল মৈত্তাল্প অমত পুথোরকউ, বিড়ী অমত চমগে।

**চন্দ্রাবলী**—( ইমুংদগি ) ফনি, ফনি।

**খুৎলোং**—(মতোমত) ইসঃ অসুক কুইন শান্নরকপ জুব্বারবু অমুক্ত লৌদে। সিবু করি দাউনো? ফ্লাস ফংঙি ময়াদে। কান্নদে উপায় থিদব য়াদে। উমঃ ফৈ। ঙসিদি অঞ্জারোমদ লায়বক য়েংলুগে।

(চন্দ্রাবলী মৈতাল মুশি মুশি ভৌব অম কাগ কামত্তুন পুথোরকই। অত্তুগ খুৎলোংগি মনাক্ত থম্মি। খুৎলোং মৈতাল অত্তু লৌথৎলি অমসুং বিড়ী অত্তু চম্মি য়ান্ন রান হোৎনত্তুন।)

**চন্দ্রাবলী**—য়ারগদ্র ?

**খুৎলোং**—য়ারে, য়ারে।

( চন্দ্রাবলী ইমুংদ চংখিগে ভৌই )

**খুৎলোং**—( খামত্তুন ) ঙাইখো, নুপীমচা।

**চন্দ্রাবলী**—করি তাকপিগদোব ?

**খুৎলোং**—অতৈ করিগিসু নত্তেদ। নংদি নখুত্ত লুপা ৫০৲ অম ১০০৲ অম পায় হায়নৈ। ঙসি ইতৈদ লুপা ১০০৲ দ

পিয়ু। হোরেল হুংদাংল হয়েংল শিংবিগে, শেন্দোই ১০৲ হাপ্পিগে।

**চন্দ্রাবলী**—ঐগিদি কবিস্থ লৈজদে।

**খুংলোং**—তৌহুদ। ঐবু থাজদ্রো জুবার শাম্নে হায়ত্তন?

**চন্দ্রাবলী**—থাজদবগি ব্রা নচ্চদে। তশেংবনি ঐগিদি থোইদোকপ করিস্থ লৈজদে।

**খুংলোং**—নহাল নংবু শুগুহুদ বাসক শকলুবত্থু চনি চহুমদস্থ তারকত্রো?

**চন্দ্রাবলী**—কদাযদগিনোদ। লুপা ৫০/৬০ খক্তমক মতারকই, অত্থস্থ লৌথোকপিগ্রে।

**খুংলোং**—কনান?

**চন্দ্রাবলী**—অঃ ····· মখোয় · ·।

**খুংলোং**—মহক্তন।

**চন্দ্রাবলী**—অহোয।

**খুংলোং**—হুপী কোয়রুনব, নংগি য়েক্লব থিরুনব পৈশাদি ৫০। ১০০ ন খুজিং ওইত্থুন পিথোকইদো নং নংগি হুপানি হায়দন। ঐন নহালন হায়দ্রো অপঙবী, অরৈ অরৈব পৈশা ঐঙোন্দ পিশল্লকউ জুবার খেফমদ পুথোকপিগে অহোং অচাউ ফি-রোল, লিক-কোন বন্ধপ লৌসি হায়দি য়াদেদো। নত্তে ঐন নখোয়দগি হাৎকদৌন হেক্তে মত্তৌই হায়মি। যাগি নত্তে হুপী-মচা, নামৈশেল লুপা কুহ্‌দস্থ লৈত্রবো?

**চন্দ্রাবলী**—অশেংবনি অজ্ঞা, ঐগিদি হায়জখিবত্থনি লুপা ময়েক অমফাও লৈজদ্রে।

**খুৎলোং**—তৌহুদ চন্দ্রাবলী, জুরার শান্নে হায়তুন পংথা থাজদবদি তৌহুদ। (ফিভম হোংলগ) লুপা ৫৲দফাও লৈজদ্রবো? হয়েং শোয়দন শিংবিগে, সত্যন সাক্ষি ইমা হাৎপা পাপ পুগে। হয়েং শিংগে লুপা ১০৲দ শনব পিয়ু। (মঙকশমদগি উরিক অমোৎপত্থ চিংথোরকুন) কণ্ঠিমালান সাক্ষি, ঐবু থাজো।

**নুপী অম**—(মহুংদগি কৌরকই) থৌরানী, হো থৌরানী চন্দ্রাবলী।

**চন্দ্রবলী**—(কৌরকপ মাইকৈ য়েংতুন অমসুং খর চংশিন্দুন) হো ঐবুরো?

**নুপী**—মানে, মানে। ওজা লাকএ, ঈশৈ ঙহাক্তং ঔরায়-হৌসে।

**চন্দ্রাবলী**—লাকএ, লাকএ। ঐসু ঙাইরম্মিবনি।

(ইমুংদ চংগে তৌই, হুৎ হন্দুন থুন য়াংন থোকখ্রে।)

**খুৎলোং**—(মুন্ন য়েংহোই ঙহাক; অদুগ ফুক হৌগৎতুন) মসিনদি কান্নপোং নত্তেদ।

(ইমুংদ চংখি। থুনমক খাউজাউ অমগ ফি ময়োম অমগ ইমুংদৈ থোরকই। কোইয়েং য়েংঙি। ফক্লাংদ ঙাহুন লৈব খাবৈ চেগপ অদু লৌখৎতুন খাউ অদুদ হাপচিল্লি, অদুগ চৎকদবগি খোঙথাং অহুম মরি থাংদোকই। কোন্থোংদ মী চংলকপ উবদগি খোঙকাপ লাওন কান্দুন হঞ্জিল্লকই, অদুগ ইমুংদ চংখ্রে। মহন্ত (চহি ২৫) অমসুং বল্লভ রারী শাহুন চংলকই।)

**বল্লভ**—হুজিকপু করি তৌ তারিগে ?

**মহন্ত**—বল্লভ ভাঈ, থারিক লৈমগি উচিরাংদ থুরব ঐসে নান্থোক্লোই, ফাজসনু, মাগি ওইজরসনু ।

**বল্লভ**- নান্থোকপদি করি কায়গে ?

**মহন্ত**—কৈদৌন নান্থোক্কদোরিবনো ? মুপী কোয়বন ইথৌ ওইরব, লৌবন হৈনবী ওইরব, শিব ফাওদসু হল্লরোইদৌব মহন্ত ঐন করি চিংননি। চিংননিংঙাই লৈতে বল্লভ ভাঈ। ঐগিদি ইজ্জৎ মাংহন্নিংদে। ঐন মাবু লৌদ্রবদি থারিকলৈমন করি খনখিনি। ঐসিবু মুপা মান্দে হায়খিরোইদ্রো ?

**বল্লভ**—নরিণ য়েংগে ভৌবনিদ অজ্ঞামচা। থারিকলৈমবু নং পামদি পাম্বজাং ওইরে। পামগদোবনি, মুংশিগদোবনি, চেনগদোবনি ।

**মহন্ত**—চুম্মে, থম্বাল একা মানবী মাবু পাম্মোইদবসি কনানো ?

**বল্লভ**—'ইমুংলোমদ হায়ফেৎ য়েংলগ' ঐখোয়ন ঙাংনরিসে লোয়ন তারনদনে।

**মহন্ত**—থারিক লৈমগি রাখলদ মীকি লাইকিদরে।

( ইমুংদ চংখি থুনমক থোরকই )

কনামতবু লৈরমদেনে। চন্দ্রাবলীন কদোমদ ? damn care, চন্দ্রাবলীন চন্দ্রাবলীগি থোকপ। ঙসি মণ্ডায়রে মহাকসু। করি হায়গে ভাই ?

**বল্লভ**—নগরায় চাউইদ ঙমু অচংব।

**মহন্ত**—ইহে, থবায চাউদ য়াম্বিবনো। পুন্সি শাংন তাইবংদ হিংগে হায়রবদি ঐঙোন্দে লাইরা তমজো।

**বল্লভ**—হায়বদি কোয়নিংব নুপী কোয়তুন লৌনিংব খন্দুন লৌবন পুন্সি শাংন পান্নি, নুংঙাইনি, সি নত্রো?

**মহন্ত** Right, Right, মহোশা দ্বাপুর যুগত শ্রীকৃষ্ণখোয় লৈম লিশিং কয়া লোল্লম্মিবনি। অঙাং মতিক নত্তন বৃন্দাবন্দ মচন মচে মতৈম বয়াদ ভক্তি যোগগি মিত্রং তৌশিল্লগ নুংশি চিঠি পিবম্মিবনি। কয়া নুংঙাইন লেনখি অমুকস্থু দ্বারিবাদ য়েনশাং মথেল কয়া হাদন, নোংম নোংমগি অহলগিদ, য়াইমগিদ, অত্তোনবীগিদ মথং মথং অমত চিথদন।

**বল্লভ**—শ্রীকৃষ্ণ মতু লাংগিদনক নুপী কয়া পাংথব ওইখ Yes, we should learn from Shree Krishna the art of wooing and seducing woman.

**মহন্ত**—তমগীদোবনে, খংচিনগীদোবনে, হৈজিনগীদোবনে মতৌ করন্ন শ্রীকৃষ্ণন নুংশিনম্বিব রাধা খোয়, রুক্মিনিখোয, লৈম লিশিং কয়াগ। ঐদি খংচঙ। কবম থেল্লগা নুপীসি হৈগি ওইদগে।

**বল্লভ** - হোৎনবিযু, ঐখোযস্থু মহন্থ শম্মদগি তমজগে নুপী-থেম-লাইরা। লায়বক য়েংজগে চাত্র পুশিঞ্জব নুপী অমত্তং হনা হৌদোং অশোনবীগি সেবা তৌনব। লায়বক থিব বল্লভতি অন-ফাও ফংদ্রি। ঐগি মরুপ মহন্তদি তরেৎ ওখিদোবে থারিকলৈম শিংথাবদ য়াউহন তারদি।

**মহন্ত**— য়াউহল্লদোবনি। ঐগি নুংশিথোইরবী থারিকলৈম ঙসি অহিংদগি ওইরগদোবনি ঐগি বসন্ত কোকিল খোননুংসি। তাম্মোকথনি চন্দ্রাবলী ময়াং কাক খোনয়াকপী।

**বল্লভ**—ওঃ নুংশিদা চন্দ্রাবলী! মতম অম ওইখি নহাক এহন্ত শর্ম্মগি কুচু-কুমেন হেনবী ফৈরাথক্কি খোঙ্গমেলৈ, চেক্লারোমদ হায়রগ চীংদ ওংবী মেরা থাগি তাম্ন। ঙসিদি নহাক অসে ওইররে শম্বল্লে মপান; ওইররে লাঙ্গোন ওংবী লংজা। নুংশা থিবিদ নংগিদমকসু থারিকলৈম।

**মহন্ত**—( বল্লভন ঙাংবদ থওৈরুব তৌদন ) হুমঃ ভাঈ বল্লভ, ঙসিসিমক চেন্দব য়াদ্রে। মহাক ধরু চুইতুন লৈরম্লনি। থানরম্ব লুমিৎ নাম্বোকহনব য়াদে। তৌগে নিংব থবক হুিকমক তোবন মঙ্গলগি মশক ওইবনি।

**বল্লভ**—বল্লভ ঐগিদি অথিংব পিব হৈনজদে। হোয় তন ইথৌনি! ফৈ বেরা লৈতে। ফা-লাকপদি য়াউহনগনু। নুপী চেনবদ ফাখিবসিদি মবু মপুগা থর শাথিবজাত্তি খুবাক্ল খুনম্ন পাবিরক্তে, কিনগ থুতুমগন চেংশায়রেদ। অতুবু নংবু লুপা কয়া য়াউজরগে?

**মহন্ত**—পৈশাচুগিনি ঐসু ইতোমত থল্লম্লিব। অতুব্ন ইথুত্তদি পায়দ্রবনিন খাইনখিদোরবী চন্দ্রাবলীগি অরোনব শেনফু ফুকলু তারি।

**বল্লভ**—মীসু কনামত লৈতে। তান চারে ফুকহৌরুরো। ঙল্লিঙৈদ থৌরাং লোইহৌসি।

**মহন্ত**—ঐ অমুক্ত য়েংলুখিগে। ( ইমুংদ চংন চংন ) মপামদ থৈনব লিংজব শেমফু।

**বল্লভ**—( নিংগাংন ফমথতুন ) শিজিন্নগদোবনি নংগি হুপী চেনবদ।

( খুৎলোং থোরকই ইমুংদগি তুমিন্ন মশাঙাক্ত। অতুগ ফমুং মথক্ত ফমথৈ। মহন্তসু উখিদে। বল্লভসু খঙদে। )

**খুৎলোং** - বল্লভ।

**বল্লভ**—( হন্ন য়েংথোরকই, ইঙক ঙকই, ফুক হোৌগৎতুন ) অজ্ঞা খুৎলোং।

**খুৎলোং**-- থৌরা ইশা শাদন নংগি মৈখেৎকা য়াউরিবর?

**বল্লভ**—য়াউজরি, য়াউজরি অজ্ঞা খুৎলোং।

**খুৎলোং**—বিড়ী অমত চমগে। ( ফুরিৎখাউদগি বিড়ী লৌথোরকই। )

**বল্লভ**—ফনি ফনি।

( বল্লভন মৈখেৎ লৌথোরক্লগা খেৎলি, খুৎলোংন চম্মি, মশা ইপা পাখৎলি, মখুৎ নিকই, মমিৎন ইমুংলোমদ ফলপ ফলপ য়েংঙি। )

**খুৎলোং**—করিগিনো নংন অতুক পাখৎলিতুবো? (ফিভম হঞ্জিন্দুন ) অশঙবনবু।

**বল্লভ**—ফাগি ভৌতুন পংঙাং ঙাংবনি মহন্তন। অওইবনি লৌবিরুহু অজ্ঞা খুৎলোং।

**খুৎলোং**—ফাগিদ ফাগি ভৌনব, অওইবদ অওইব ওইন

ঙাংনব থোইদোক্কে। বল্লভ, অশঙবন করি থোক্লগবনো মপাখৎপ।

( মহন্ত নোট খর পায়ত্তুন মশিং থির থিরত্তুন থোরকই। বল্লভ মহন্তদ অমুক য়েংঙি, খুৎলোংদমুক, চঙক্লদন লেপ্পি মথুক্ত মৈখেৎ পায়রিফাও কাউথোকপমখৈ। তাল্লক য়েংত্তুনা বল্লভন মহন্তদ পৈশা লোৎশিল্লু হঙ্গিৎ তৌবদগি মহন্তন মমিত্তি খুংলোংদ য়েংলগ পৈশান ফুরিৎখাউদ হাপচিল্লি। )

**খূংৎলোং** – ( থৌবা ইশা শাদন য়েংলকপ তৌদন ) মহন্ত, কয়ানো?

**মহন্ত**—কবিনো কয়ানো হাযরো?

**খূৎলোং** – লোংকন্নু, ঐ লোইন খংঙি।

**মহন্ত** – তায়াইমন হায়রিত্তবু ঐবু ভাব অমত তাদ্রে। (ফিভম হঙ্গিন্দুন ) বল্লভ ভাঈ, তায়াইমন হায়রিসিব্……।

**খূৎলোং** – তারোই, তাগল্লোইয়ে ভাবতো। নংদি ভাব তাগন্দবদ হৈনখিবদগি মেত্রিক্ত মঙারক ফেল ওইব নল্রো? কান্নরোই অতোম্ব, পরীক্ষা পাস ওইগে হায়রবদি নখোয় পাড়া ফাগন্দব জাৎ, ভাব তাগন্দব অঙাংদি নোট ফাগনব ওজাদ ক্বা মতপ অম পিজরগ মকোক ঙাওহল্লু। লাল্লবরো বল্লভ?

( বল্লভ হৈনদত্তুন মমায় লৈথোক্লগ শুগত্তুন খাংলি )

**মহন্ত**—ময়েক ওইন হেক্ত হায়রো তায়াইম। করিনো?

**খূৎলোং** – ঐগি ফজরব পাউতাক অসি ভাব তাদ্রি। অগি ওইরে মপোকচৈগি জুবার চে পায়দবসিদি ইঙ্গিৎ ইরাং খঙদে

হায়নরিবদো অহল লমন্ন। (ওনশিন্দুন) য়েংঙোই, ঐন হায়বদি কয়ানো হায়ব ঞানি।

( মহন্ত পৈশা হাপ্প ফুরিৎখাউদ মখুৎন মাই ইপা পাখৎন ) পাখৎকনু। ইরল নত্তে নরলনি। চুম্নত কয়ানো হংবনি।

( খুমদদন লংতুন লৈব )

নত্তে, কয়ানো ? চুম্ন মশিংত্থ খঙবফাও য়াদ্রবো ?

**মহন্ত**—( লৎলৎ লাউন ) অঃ য়াংখৈ খক্তনিদ।

**খূৎলোং** – হোঃ অত্থ হেক হায়র লোয়রেদন।

**মহন্ত** - ভাঙ্গ চংসি, ঐ কোট অমুক্ত লিংশিল্লুখিগে।

( ইমুংদ চংখি )

**খূৎলোং**—( বল্লভকি মনাক্ত চংশিল্লগ খোঞ্জেল নেম্ন ) বল্লভ, মহন্তদ হায়য়ু ২০৲ অগ ঐঙোন্দ পিরম্মু, হয়েং শিংবিনি। চন্দ্রাবলীদ ঐন লৌথোকপনি হায়বিগে। চন্দ্রাবলী তাম্থোকপস্থ ঐ য়াউবিগে, থারিবলৈমগি মীচং চংবিগে।

**বল্লভ**—( লৎলপ তৌন ) মাগিসিদি মীঙোন্দ শিংলুনবনিদ, কদায়দগি হুপী চেল্লুগবনোদ।

**খূৎলোং**—ভোট খোম্মু, ভোট খোম্বদ পৈশান মচিন মেনশিল্লু, নখোয়গি মী ওইবিগে।

**বল্লভ**—তশেংবনি, মীগি শিংঙুগদব শেনফম্নি।

**খূৎলোং** – অত্থবু লুপা ২০ অমদি হয়েং হাপকে য়াননিদন

( মহন্ত থোরক্লগ কোট লিশিন লিশিন্ন তাই )

ঙসি খর পিরুরগ।

**মহন্ত**—( তুংলোমদগি ) মচিৎ মচিৎ শিংবত্ ইকায় হায়বগি রানি।

**খুৎলোং**—মচিৎ মচিৎ ইকায় হায়রগ, কয়ানো ঐঙোন্দ লোইন পিথোরকও হুজিক। হয়েং ঐন নখোয়দ ঙস্তান পির লোইরেদন।

**মহন্ত** –ঙসিসিমক শিংলুদব য়াদ্রবনি।

**খুৎলোং**—ফরে, ফরে, য়াদ্রবদি চৎলো। চেল্লুরো, চেল্লুরো লুপীদো ( মখোয় অনি চৎকদবগি মখোঙ থাংদোকই ) ঐন হুজিক চদ্রাবলীদ তাকউরগ নতুং ইন্নহল্লক্লবদি, অতুদগি অমুক থারিক-লৈমখোযদ চৎলগ মপাদ তাকলুরদি—কবু কৈওইব ননিং নমাং হোত্রোং হে নতু লৈন কাংকোক—।

( অনিনক লেপ্পি। মহন্তন বল্লভত ইঙ্গিৎ তৌই )

**বল্লভ** -ঐখোয় অনিন ফাগি তৌনতুন পংঙাং ঙাংনবসিদ অজ্ঞা খুৎলোংন ইথা থাজবিদ্রে। মহন্ত ভাঈ, লুপা ১০৲ থক পিথোক্লম্মো।

( মহন্ত হৈনিংদন ফুরিৎখাউদগি পৈশা লৌথোকই। )

**খুৎলোং**-- পিরবদি ৩০৲ হেক মপিয়ু। শিংগদোবসু মরৈ।

**মহন্ত**—১০৲ সিদ লৌহোরো।

**খুৎলোং**—৩০৲ তু পিয়ুনে।

**মহন্ত**—( য়াম্ন পিনিংদন ঙহাক লৎলগ ) সে লৌহোরো।

**(শাউরংনন ২০৲ পিরম্লগ মহন্ত অমসুং বল্লভ থোকখ্রে। )**

**মহন্ত**—(হায়ফেৎ থিডুন য়েংলগ) ইয়া! ৩০৲ পিরম্মু হায়রগ ২০ খক্ত পিরম্মে। হায়ব ওন্থোক্ল ইনখিদ্রেদ অঙাংশিংসে। (ফিভম হঙ্জিন্দুন) হুমঃ মসিনদি কান্নপোৎ নত্তে, পোন্থা অমুক্ত লোইপোৎনি।

(ইমুংদ চংখ্রে। অমুক থুন অসাইগি খাউ অত্তদ ফি ময়োম অত্তু হাপচিন হাপচিন্ন থোরকই। অত্তুগ ফক্লাংদ ঙারিব খাবৈ চেগপ অত্তুসু খাউ মন্নুংদ হাপচিনখরে।)

**খুৎলোং**—জয়, জুব্রার লাইরেম্বী ইমা ইবেম্ম হুংশিবী. তুঙ্গা ফনেক লৈজগে। ঙসিগি অঞ্জাগি পোক্ষম অসিদদি (ফুরিং-খাউদগি লুপা অত্তু লৌথোক্লগ) য়ান্ন ফংজগে, দলাল শাজহোরগে, অতোনব পৈশা শিংোকহোরগে—কু কু কু কু।

(পৈশা অত্তু মচিনবান্দ চুরুপ চুরুপ চুপ্লগ থোকপ্রে। মত্তমসি নিংথমথাগি হুমিৎ ওইবন মমশিল্লক্লে, ধূপ থাউমৈ থানব মত্তম ওইরক্লে। চন্দ্রাবলী রারী শাত্তন চংলকই। অমত্তুদি মশক উব ঙমদে spot light কি মতেংন। খোঞ্জেলদ মত্তাই ইনক নক্লন।)

**চন্দ্রাবলী**—লেংশিল্লকও।

**নিপা**—কিজৈয়ে।

**চন্দ্রাবলী**—হুমিদাংরাইসিদদি কনাগত লৈরোইয়ে। য়ুম্মুন কিদ্রগ চংলকপন তাদুক কিবিরিত্তুবু।

**নিপা**—কিরোই খল্লি, নিংদোন্দ মিচ্ছুলন দংদং। হুমঃ ঐ হৈনরকত্রে চৎচখ্রগে।

**চন্দ্রাবলী** – ওন্থোক্ল নিপা মানখিদ্রেদকো।

**নিপা** – নিপা মান্নব হোৎনবদ থরায় থারবদি ? খম্ব শাতুন কৈরমদ চোংশিনব মীনিন থরায় পাম্মুজৈ।

**চন্দ্রাবলী** নুংশিবগিদমক্তবু থরায় পাম্মুবিব্রো ? নুপী ওইবী ঐখোয়দি পাম্মুবিদে, নত্তে, হায়নবদাইনে নুংশিবন থরায়-দগি হেল্লি। লোৎতুন লৈবিরিব করিগিনো ? ফোংবিরো ?

**নিপা**—হোঃ নুংশিহৈবী মোইরাং থোইবী ইবেম্ম ! নুংশিব-গিদমক্ত থরায় অসি থাদোকথ্রবদি অমুক হন্ন নুংশিনব ফংলরোই। নত্তে, নুংশিনতুন শিমিন্নখিব খম্ব থোইবী যম লৈবাক্ত রাস লীলা শান্নতুন নুংঙাইম পানখি হায়বসি নব তাব্রনে খমব্রাংচাক ? নুপী নংগি খঙদে নিপা ঐদি শিব কি তাইবংসিদ নুংশিনখিসি হায়রবদি।

**চন্দ্রাবলী**—শিনি খন্ন ঐবু নুংশিবিদ্রসু, শিরোই খন্ন মনুংশিবিতুন থোংজিন ফাওদদি থিঙিনবিরম্মু। নিপা ওইন পোক্লগ থৌনা অতুক রাংপদি মথৌশা খোংবাল্লাই তিনখাক্ল মোংলকপদ খংখিবদগি ইতৎ তত্তন অহোব নাইবিব্রো ?

**নিপা** ঐদি নাইদে। ইমান্নবন পাখৎপ উরুবদগি ঐসু অথেং-অমম চৎপদ অতুক চেকশিঞ্জবতনি।

**চন্দ্রাবলী**—ঙা য়ান্ন ঙাংনরগ মতম্ন অসুম শাংদোকখিনি। খুৎ শম্নগ পুশিঞ্জগে ইমুংদ। কিগনবদো ফনব মনিংথোংলোমদ চেনবিখোও।

**নিপা**—ইতিক ইপা চাদে, ঙমজরোই।

**চন্দ্রাবলী** চন্দ্রাবলী ঐগি লাংদ থুরব চোংঙা লাবন নান্থোকখিবদি ইগুন ময়েং তাবনি। খুদাং পায়ত্নন লমজিংজগে।

**নিপা** অত্তবু নখোয় মনিং লম্বীতুবু শম্বল তিংখংকাদি লৈতেকো ?

**চন্দ্রাবলী**—( মখুদাং পায়ত্নন চিংশিল্লি ঙাংন ঙা ন ) হোঃ লৈতেয়ে লৈতেয়ে, খোংবাল তমতং লৈ খর লাওব, চেঞ্জোংদ চোংখ্রগ লোইরে।

**নিপা**—চেঞ্জোং চোং হৈতব ঐদি ইংখ্রবসিদ ঈবোঈব তারি।

( ঙাংব হেক লোইবগ মাঙ্গোন্দ থারিব হিদান অত্তগি খুয়াদ (থোংজিন ময়াদ ' থেংজিন্দুন তুশিল্লি। মতমসিদ নিপাচুগি মশক উব ফংখি মনঙ্গন্দ পুং অম পোয়, শুগংতুন ফুক হৌগংলি অমসুং পাখংপগ লোয়নন মখোঙ নাম শেক শেক্কুন ইমুংদ চেনশিনখি। চন্দ্রাবলী ফাক ফাক নোকই। ঙহাক নোকল্লুরগ ইল্লিব খুদে মতেক অত্থ গুপাচিল্লি, অত্থগ বাসক ঈশৈ নতেক অম লাউন শক্ল শক্লতুন ইমুংদ চংখি তমসুং থোঙজাউ লোনশিনখি। থোঙনাউদগি ইমুংদ মৈ চুশংপগি মঙাল উব ফংঙি। মত্তমদু ফাও ঈশৈ শক্লি। মতাংসিদ গোকুলানন্দ চংলকই। ঈশৈ ঙহাক তাই। )

**গোকুলানন্দ**—(মতোমত শোঞ্জব) খোল্লৈ-খোন্দাদি মচুম্মি, রস লৌবদি মল্লুংঙায়রে। অত্তবু, (ইমুংলোমদ ওনশিল্লগ ঈশৈ ঔরাঈরিবৈদ মপান্দ হুরানব চংব খঙলরোই। চন্দ্রাবলী শাবী,

থাউমৈ লালটেন্দু অতুক চুখৎলক্লোদন, মথেংঙে। (ঈশৈ খংলেপ লেপখি) নহারোল ঙাক্ত ঙায়দন ইমুং অসে য়ুম ওইন পাল্লোই-দৌরে। শ্রীধাম নবদ্বীপুর কৈনো বাস তৌড়ন লৈরুরদর পাশীশিং অসিগ তিন্নদৌ শরুক। (খংলাউ লাউই) হায়ঃ চন্দ্রাবলী শাবী, থাউমৈ পুথোররোনে। মী উশিত্তেদ নহাসে। তুমিং তাগ্রবদি মপান্দ থাউমৈ অম মুৎলি মুৎলিদ ওইরসু থান্নি, এস্ত হজিল্লক্লেদন। ( ফিভম অমুক হজিন্দুন ) ঙাওশিন্ন শারদন য়ুম পানবদ। ( অমুক্ক খংলাউ লাউত্তুন কৌই। হায়ঃ চন্দ্রাবলী শাবী।

**চন্দ্রাবলী**—(ইমুংদগি ফিংন খুম্নকই। লাকচরে, লাকচরে।

**গোকুলানন্দ**—লাকউ নত্তেনে মৈ চুখৎলকউ হায়বনিনে।

( চন্দ্রাবলী থাউমৈ লালটেন অন পুথোক্লকই। তফিং তফিংঙি। থুনমক চংখিগে তৌই। )

হোঃ অতুনিদন। ঙসাইন পুথোক্কুন থম্মু হায়বনি। ধূপ থাউমৈদি থারবর ?

**চন্দ্রাবলী**—থাদ্রি।

**গোকুলানন্দ**—থাদ্রি ?

**চন্দ্রাবলী**—অহোয়, থাজরগে। (ইমুংনোমদ চংঙি)

**গোকুলানন্দ**—( শাউন ) থারুনু, বাসক ঔরাঈয়ু। য়ুম পানববু বাসক শক্তোক্কুন পান্থোক্ল লোইরে। [ইমুক ওনশিল্লক্কুন] ঙসিগি য়েনশাংকাদি লৈরদ্রো ?

**চন্দ্রাবলী**—খঙদে, করি থোংগদবনো করিমতবু তাদে।

**গোকুলানন্দ**—তারোই।

**চন্দ্রাবলী** – চেংসু লৈত্রি।

**গোকুলানন্দ**—হাঃ? [ঙক্ল মমিৎ লাউথোরকই] চেং লৈত্রি। [ফিভম হজিল্লকতুন] রাধে, অসায়ন চেং লৈ লৈতে হায়দ্রদন মান ঈশৈ ঔরাঈত্নন লৈথোক্লে। হংলুরফাওদ চেং লৈত্রি ইরায় হেক লায়ন। নুংঙাইদ। সুম থোক্কদ্রদো মমা থৌরানী অত্নুক লৈরমগোক [চন্দ্রাবলী ইমুংদ চংনিংবন লাংতক্লে, মমৈথংদ গোকুলানন্দন ঙাংলিবত্ন থওইরুব তৌদন ইমুংদ চংখ্রে। গোকুলানন্দ চংখি হায়ব খঙদন অত্নম ঙাংলি।] অত্নবু চাদবদি য়ারোই, কদায়দগি কম-দোদোরিনো? তহল ওইরব ব্রাহ্মণ এবু চেং রানব চৎলু তারিব্রো পাপী ময়াম অত্ন হজিল্লগ কৎননব লুক।

(হিদাকপু মখোঙদ চংশিল্লি। হাংদোকতুন য়েংঙি। পাখৎলি। থাউমৈ পুশিন্দুন য়েংঙি, কোইথি থি, কোইমা মাই। ফংদ্রবদ পাখৎন খংলাউ লাউরকই।]

হায়ঃ চন্দ্রাবলী শাবী! লৈরমদ্রেন হায়, লৈরমদ্রেমি নংবো!

হোঃ লৈরমদরে. লৈরমদরে, লৈরমদরে।

**চন্দ্রাবলী**—[পরপ পবপ থোরকতুন] করি লৈরমদ্রগে?

**গোকুলানন্দ**—(নিংগাংন ফমথত্নন খোঞ্জেল নেম্ন অমস্নুং গতি লৈতবগি খোম্থোক্ত) লৈরমদরে, লৈরমদরে, লৈরমদরে।

**চন্দ্রাবলী**—[খঙনিংন] লৈরমদ্রিবত্নবু করি ওইরবনো?

**গোকুলানন্দ**—নত্তে, নংবু হিদাকপু মখোঙ মথাদগি লুপা৩৲ খক্কা লৌথোকপ্রো?

**চন্দ্রাবলী**--[হৈনদন] হায়মা! কদায়দগিনোদ। ঐদি খঙজদে।

**গোকুলানন্দ** - অদুবু নংবু য়ুম শংঙু থনব্লগ কদায়দ কোয়কুরগে ? হা ?

**চন্দ্রাবলী** - ওঃ ওঃ (নিংশিংলক্লুন) ইতৈয়াইমন লোথোক্লম্মনি। ঐস্ু কদায়দগিনো অব্রাংলোমদ ওজা লাকই ঈশৈ ঙহাক ঔরাঈ-রুগে চৎখোকউরে। ইতৈয়াইম মতোমত য়ুমসিদ লৈহৌবনি।

**গোকুলানন্দ**--(ফুক হৌগত্তুন, শোয়দ্রে, শোয়দ্রে। মতিক চাইদ ঐন নংবু ননিং খুৎলোং থোনবদি। পেল্লে, পেল্লে, পেল্লে। চেংসু লৈত্রে, রান্নঙাই পৈশাসু হুরানথ্রে। হেল্লেদন চরা। লুংঙাইরে, সি মঙায়রে। (চন্দ্রাবলীদ ওনশিন্দুন) অদুবু ঐন নঙোন্দ হায়দ্রো নমিং ননা শিংঙু, ইমুং অসি খুরক্ত হুরানব লৈববনি। ঐ ত্রল্লে, ইমুংসিদ রা ঙাংলক্তব কয়া কুইরে, রারকপ য়াদ্রব লমহেনব মচাশিং অসিগ নায় ওনশিন্নররোই হায়দন। ফৈ তৌসঙু মান মান থোকপ। ঐসু ঙম্মিখৈ খাংলম্নি। ঙমদ্রগ শ্রী... নবদ্বীপু বাস তৌগ্র লোইরে। (ইংথরক্লুন) খাবৈ চেগপপুদি লৌশিনব্র হা ?

**চন্দ্রাবলী**—লৌশিন্দ্রি।

**গোকুলানন্দ**—খর লৌশিল্লু (চন্দ্রাবলী লৌশিনগে হায়ড়ন কোইথি থিব) হায় লৈত্ৰববনে ?

**চন্দ্রাবলী**—অজ্ঞাবু কদায়দায়দ। থম্বিরম্বগে ?

**গোকুলানন্দ** ঐবু থোংজিন ময়াদ ঙারম্বদায়নে। (চংশিন-ত্বিন থাউমৈ পুশিল্লগ কোইথি থিব, লৈত্রে খঙলবদ) হাঃ য়েপথ্রে. য়েপথ্রে, য়েপথ্রে, য়েপথ্রে। খংশাউ শাউরকপ) পুখম য়েপ্পু তেজ্ঞোৎ য়েপপু, খুজাঈ য়েপপু হৌনৈদনথায়, খাবৈ চেগপপু।

**চন্দ্রাবলী**—য়েপ্পঙাই পুখম তেঙ্গোৎতি লৈত্রে। অবৈব খাবৈ চেগপ্ত তাইনবকপনি।

**গোকুলানন্দ**— খর লৈরদি গোপালদেব ফাও য়েপ্পুন থাদোকউ তারি। হুংঙাইদ, (মথরায় চাক্ল) পোল্লদ ইচা নিপা অহুমখক্তং পোকচবসে। পিক্লিংৈঙদদি মনি মতুম, সনাগতুম, লুপা মতুম, ঙমু লৈরো শংবায় শংবায় লীদন ওয়্লগ পিজবকপদো ঐন হাউন হাউন চাথোক্লম্মদি শিবদ থবায়সে হরাউ হরাউ মপান থোকখোকো হায়বদ ইনগদোবনি। কৈদৌনি নহালমক মপোক্ত কর্ম্ম ফৎলক্তব, ইচাদ দান তৌরক্তবদগি মখোয়ন ঐব লাক্ল বিবনি। অত্তবু বিধাতা, নংসিবু হিগাইরা হৈব্রনে? নত্তে, ইচাশিং অসে পিক্লিংৈঙদদি লোয়নমক ফবম্মি, হায়ব ইল্লম্মি, লাইরিক লাইস্ত ফবম্মি, লৈপুং কম্ব য়াউশং কোয়বদ খর মথরায় য়াউজরম্লবস্তু। হুজিক্তি ওইররে জগৎকি ফত্রব নিশা-শিংগি তুংনফম। ওক্তবদ মপান থোরকে, ফত্তবদ ইশরুক ওইখে। কল্লকইদ তাইবং, অফব মচাগি মপা ওইজবশিংদো। (মপূক্লিং হুংশিন) সিবু করি ধর্ম্মনো পুকচাও, খুৎলোং, মহন্ত? (মমিত্তগি মপি তারকই অমসুং তৈথোক তৈথোক্ল। ও, নখোয়বু ঐন ফন নিংথিন কৈদনো শোইখিদৌ য়োক্লকপনি থেম নৌতুন। হুজিক্তি কদায়! (অমুক শাউরকতুন) অত্তবু, খাবৈ চেগপফাও লৌনি লৌরিত্থবু করম্ব মহাজনো। রাধে শ্যাম, রাধে শ্যাম রাধে শ্যাম। (ফমুংদ লোংন হিপথৈ) রারুব কান্নদ্রে; রাগে খল্লুরদি, শাউগে নিংলুরদি তুমিং কাংগুম মাংদ কোয়পায়।

হুংঙাইথোকপন মফরে মদন মহন ইবুংঙো। মীত্তইব! ফন লুবক্লবনি শাউব তল্লক্লবা, অমাবব্ হুংনাংলকত্রবদি ওন্থোকপনিদ হে গিরীধারী! ননাই শেম্ব থে.লোইনেব পাপী অহুম অসিব্ লৌশিনবিগ্রোগব কৈদৌগে। মখোয়শিং অসে য়েক্লবা ঙাক্তনি হাৎপগি পাপ পুররোইদৌব। কানদ্রবশিং অসিগিদমক ঐন রারক্লি। শ্রীমদ্ভগবতগীতাদ শ্রীকৃষ্ণন অর্জ্জুনদ হায়,—

"অশোচৎানন্দশোচস্বং প্রজ্ঞাব.দাং শ্রু ভাষসে।
গতাসুনগতাশ্রুং নানুশোচন্তি পণ্ডিতা।"

(.হীগৎলক্লুন ফম্মি অমসুং চন্দ্রাবলীদ ওনশিন্দুন) শ্লোক অসিগি অর্থদি শ্রীকৃষন হায়,—"অর্জ্জুন, নংন রারোইদৌব মীশিংগিদমক্ত রাবিরি, অশিংব শাত্নসু মখোয়গিদমক খনবিরি। য়েংঙোই, অশিংব, অহৈব, অখড়ব মীওইন শিব হিংবগি রারুদবনি।" চন্দ্রা? ঐন অশিংব শাত্ন মখোয়গিদমক রাবিরি। বাররোই, ঐ রাররোই। চরা হেনব তারবনিন হিদাক ঙান্থক অম হাল্লকও, তুন্নগ লোইরেদন। (চন্দ্রাবলী ইমু দ চংখি) রা অসি ঙাংনিংগ্রেদ, অত্নবু ঙাংলরোই।

(ঙোংজে গত্নু হিদ . চুদ পানশিন্দুন হিদাক হাল্লকপ ঙাইত্নন লৈ। পুকচাউ ঈশৈ ঙং ঙংত্নন মফেদ হাই হাইত্নন চংলকই। মত্নু উবদ গোকুলানন্দ "রাধে" হায়ন শাংন চিংত্নন শোল্লন্নগ ফমুংদ হিপথখি। পুকচাও মথুত্ত ফেনাৎ পায়রকই। ঙহাক লেপ্লগ ফমুংদ মুন্ন য়েংঙি। অত্নগ খুয়ারোমদ চংশিল্লি।)

**পুকচাও**—পাবুং চুরুপ্ল বিড়ীর অমত থক্কে।

**গোকুলানন্দ**—লৈতে চো ··· চো ··· চো ··· ।

**পুকচাও** – তৌন্নুদ পাবুং, অমতদি থক্কেদ। লিক্কনুদ।

**গোকুলানন্দ**—স্বায়দ ঙাওরন্থ। তোংজৈসিন নমায়দ শেং শেং কনশিল্লক্কনি।

(চন্দ্রাবলী হিদাক ঙান্থক ভাম পুরগ ইমুংদগি থোরকই। হিদাকপু মখোঙ ময়াদ থনল্লগ পুকচাউবু কিবোই লাকপোই হঙ্গোইন য়েংলম্লগ থুনমক চংখি। গোকুলানন্দ হিদাকপুদ ঙান্থক পানশিল্লগ চিংঙি তোংজৈদ।)

**পুকচাও**—শাউবিন্নুদ পাবুং। নচা অহন্নি হুংশিবিয়ুদ।

**গোকুলানন্দ** – ( খংলাও লাওই ) চংথোকও চংলো অস্থ-রাইদ, খোংবান্দ তুরুচো। নশক্কু তুক্কচৈনহায়।

**পুকচাও**—হুংশিবিয়ুদ নচাবু। অঠক থিন থিন ঙাংবিরিত্থবু হুংঙাইব্রো পাবুং ? (মখুৎন কাংথোল অচুদ পায়রগ ঙাগে তৌই।)

**গোকুলানন্দ** – (ফুক হৌগৎলকতুন, শোক্লক্কনুনহায় পাপী, মাংঙরনিনে।

**পুকচাউ**—পাবুংন ঐবু মতম খুদিংদ মাংঙি ইন্থোকপিরবনিন নচা চথোকচরে। (চথোকতুন লৈবাক্ত ফমথৈ।)

**গোকুলানন্দ**—ঙাওরুরবদি ইমুং অসিদ ইপা লৈকো হায়ত্তন কিগেদি হায়দ্রগ মান ঐঙোন্দ খৎনব হৌবিররি। হায়ঃ গধা, ঐদি ঙাওদেনে।

**পুকচাউ**—পূল্লিং ভসি হুংশিরকই। হুংভিগি পাবুংন ঐবু থিন থিন তৌবি য়ু থকই হায়দন। ঐ ঙাওদে খরুং অম থক্লস্থ।

ঐ জ্ঞান য়াম্না তাই। (শাউন) কনানো ঐবু ঙাওই হায়রিদুবো ? নত্তে, পাবুংম ফুবিনিংঙ্গ ফুবিয়ু, পাক্লব নঙ্গল অসিদ তোংজৈত্তন শেং শেং কনবিয়ো। ঐ কল্লবস্থু খুৎ হল্লোই। ভাব তান ঙাংনসে, হায়বদি পাবুংন য়ু থকপসি থরায় মঙামক য়াওন পামবিদ্রগ, ইবুংঙো ইপাদি পামজখিদ্রেদকো হায়বিয়ো, ইপা ইপু নরক তাগে য়ু থকপ হেক্ত তোকথোকপিগে।

**গোকুলানন্দ**—হল্লোহায় (মতৌ তমহুন) ইপা ইপু নরক তাগে। ঐবু নমগুন মান নরক তাহনগদৌরি। ঐন নংবু পোক্তুন চাউন য়োক্লক্লিবসি নরক্কি য়ুকোম অতুদ ইরাক্লহল্লোরিবরোও ? চৎলো, চৎলো, মণ ইরোই তানগুম তান্নদন ফুধরক্লবদি রায়োং চারোইকো।

**পুকচাউ**—কদায়দ অমুক চৎলু হায়রিবনো ইয়ুমদ হঞ্জিলকল ঐবু। পাবুং অসি ঙাওরে। উমঃ মীন হায়নৈ হিদংময়ুম ঠাকুরদাস কানি খর খর তুমিন তুমিন য়োৎলি।

**গোকুলানন্দ**—ইয়াঃ ( মথবাক্ত খুবাক্ল য়ৈজব ) নখোয়ন পীক্লিঙৈদ য়োৎলম্ব কানিনি তুমিন তুমিন্ন। নখোয় চাউরক্লবদ হতৌ তমখিস্থু য়াই হায়দন তোকচরবনে। মান ঐঙোন্দ মুক পাওথংনরিনে।

**পুকচাউ**—শোয়দ্রে, চুম্মে, পাবুং ঙাওরে। য়ুমদ হঞ্জিল্লক্ল ঐবু চংখ্রো তাল্লিব, সিবু ইয়ুম নত্রবো ? পাবুংদগী নয়ুম্লো ? (মতোমত থিক থিক নোকই।)

**গোকুলানন্দ**—ঐবু মান অঙাওব শিরব। (ফুক হৌগত্তুন)

লৈরম্মু খঙনি, চণ্ডালগি মচা, হেক্ত তকখায়নর লোইরে, মানসু ঐবু।

(চোংশিনগদবগী ফিভম শেম্ব। মতম অসিদ বল্লভ চ লকই য়ান্ন হৈনদন অমসুং তৌরম্লিবতু উবদ ঙক্তুন ঙহাক লৈ।)

**বল্লভ**—অজ্ঞা, করিগুম্ব অমত···।

**গোকুলানন্দ**—অহল লমন, লাই গুরু মশক খঙদবশিং অসিদি হাত্তোক্ল লোইরে। ফিভম শেমতুনত লৈ, চোংদি ইচোং চোংশিন্দে) ধর্ম্মগি য়েক্লব, কুরু শাগৈদ পোকপ, ঐগি লিংজেল খঙদ্রিয়ে, চেপচিংদ লোইশিনগদোবনে নংগুম্ব ঙাখা খজিংগি জাৎ অসিদি।

**বল্লভ** অজ্ঞা, করিগুম্ব অমত···।

**পুকচাও**—অমুক কন্ন শাওরিব অহল অসিদ হায়কদ্রবসু ইংন বুদ্ধি তৌতুন ফম্লিব ঐঙোন্দ মহায়য়ু। নংবু করি হায়রো লাকপনো?

**বল্লভ**—অঃ···(গোকুলানন্দদমুক, পুকচাউদ অমুক য়েংঙন লৈ।)

**গোকুলানন্দ**—নংসু অঃ হায়ন চিং লৈত্রবসু কোক হায়রো।

**বল্লভ**—(মমিৎ কুফেৎ কাফেৎ তৌন মহন্ততু হুপী অম চেল্লক্লে হুজিক। কোন্থোংদ লৈহৌরি।

**পুকচাউ**—হুপী চেল্লক্লবদি ময়ুমদ পুশিল্লক্কদবনি। মান হুজিকপু কোন্থোংদ লৈহৌরিতুবু বারুণী কারুখিগে হায়রিরো অমুক? নাতৈ চাদব।

(গোকুলানন্দ ঙকতুন তুমিন্ন ময়া কাতন লৈ। চন্দ্রাবলী

কিংন চেম্ৗোরকই, থোংজিন ময়াদ লেপ্লে। )

**চন্দ্রাবলী**—(ঙক্ক) তা বল্লভ, হুজিক্কিতুবু হুপী চেঙ্গক্লে……।

**পুকচাউ**—হোয়, হোয়, হোয়. নতোমত লৈবতু হুংঙাইত্রে হায়রুরত্র অম পুশিল্লক্লে হায়রিসে য়েনশাং শেন্নব।

**চন্দ্রাবলী** – অঙকপনি !

**পুকচাউ** – ঙক্কনি ঙক্কনি নখোয়দি। ঐদি ঙকপিদে। ইবুংঙো বল্লভ, মখোয় অনিতু থুনমক পুশিল্লকউ।

(বল্লভ থুন য়াংন থোকখি)

**গোকুলানন্দ** – রাধে ! অঙকপগি মথক্ত অঙকপ ! তাই-বংল লীলার তৌরিসিবো হে জগৎনাথ !

**পুকচাউ**—লীলা নত্তে, তাইবং-লীলানি। ঐখোয়দি ভাবোক্লি, য়েংদ ময়েংঙু। মখোয়দি হেরো হেরোইন শাব শাবী ঙাক্তনি। য়েংব হৈব কাংবুন ঐখোয়বুস্ু য়েংজসনু।

**গোকুলানন্দ**—লীলাদ লৈতুম থাগনব অঙাংশিংদো ঐ শাউদে। মচি পানব হুংন হব্রাগাড়ী মপোৎ অম থারবসু ঐ পেগোই নচিন ননাউ নখোয় অহুমগী লীলাসে।

বল্লভন মাং থারতুন নহন্ত অমসুং থারিক লৈম তুংথ মাংথ চংলকই। থারিক লৈম ইল্লিব ফি মচিন মকোক খুম্মি। মখোয় উবদ পুকচাউ ফিভম চেকশিন্ন খোংগ্রায় চন্দুন ফম্মি। গোকুলানন্দসু ফমুংদ অসুম ঙহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ মাগী মাগী ফিভম শেমজিন্নতুন।)

চন্দ্রাবলী শাবী, ননাউহুপী ওইদোরিবীসি অতুক ইমুংদ পুশিনবিয়ুদন

( চন্দ্রাবলী ফেৎ হাইদোক্তুন ইমুংদ চংগ্রে । )

হুপীমচা নংদি বামল্ল, য়ুন্নাক করিনো, কদায়ন্নায়দগিনো ?

**বল্লভ** - বামন্নি অজ্জাবু ।

**পুকচাউ**—নংবু উকিল্লো ? হুপীমচাসিবু মনা পংব্রো, মরোল থোকত্রো ?

( থারিকলৈমদ ) ইবেম্ম হ'ঙ্গায়রুম্মু, খুম্মু পাবুংন হংলিসি ।

( থারিকলৈম ঙকচান্নরুরগ, খোংকাপ অম'নি চংশিল্লকই অমস্রুং গোকুন'নন্দদ খুকদগে তৌই । )

No. No. No. হান্ন খুরুমদোব নত্তে । ( ঙক্তুন খুরুমদন অত্তুমক লেপতুন লৈ ) নংবু পাবুংন অমদি ঐখোয়ন লৌখৎলব তুংদ ব্যবহার খুদিংমক তৌগদোবনে । হান্নন নংগি জবান পিখো । নং বামল্ল ?

**থারিকলৈম**—অহোয়, মানি !

**পুকচাউ**—য়ুন্নাক করিনো ?

**থারিকলৈম**—শামুরাইলাৎপন্নি ।

**গোকুলানন্দ**—অত্তুফাও য়ারি ।

**পুকচাউ**—নমিং করি কৌই ?

**থারিকলৈম**—থারিকলৈম ।

**থারিকলৈম**—মিংফাও মফরি ।

**পুকচাউ**—করি লমদগিনো ?

**থারিকলৈম**—নহাবমদগিনি ।

**পুচকাউ**—নংবু পোকপ অজ্জাত্তুগি মিংদি ?

**থারিকলৈম**—তোনা কৌই।

**গোকুলানন্দ**--(ঙক্ক অমসুং হরাউনিংবগ লোয়নন) শামুরাই-লাংপম তা তোনান পোকপরনে হা? তাদত্থু ফন নুংশিবনিদ।

**থারিকলৈম**—অহোয়, মানি।

**গোকুলানন্দ**—(হবাউ মিনোক ফাজিন্দুন তত্থুফাও য়ারি।

**পুকচাউ**—মীর লৈশাবীর?

**থারিকলৈম**—লৈশাবীনি।

**গোকুলানন্দ**—অত্থুফাও য়ারি।

**পুকচাউ**—ছাত্রীর?

**থারিকলৈম**—হুজিক্কি ওইজদ্রে।

**পুকচাউ**—কদায়ফাওদি তমহৌই?

**থারিকলৈম**—মেট্রিক পাস তৌজরগ হগান লাইরিক তম্ব হ'ব নাঠা য়াউদে তোকহনবিরে।

**গোকুলানন্দ**—ময়েক অম চুপ্মি, ঐ য়াই।

**পুকচাউ**—শিন্দি করি করি হৈজে?

**থারিকলৈম**—ফি শাব মখল মথেলগি কাবক কাবক হৈজে। ফুরিৎ তুবস্থু অরায়ব ওইরদি ঙমজে।

**গোকুলানন্দ**—ভালো! মত্থুমক্কি হেক পাগ।

**পুকচাউ**—ইমুং মন্নুং য়ুমকৈ পানবগি ব্যবহার, হৌন-লমচৎ, থকশি-খাসি কদায়ফাও খঙঙি? খঙবদ নত্তন কদায়ফাও তৌদ্রবদি হৈনদ্রে?

**গোকুলানন্দ**—ইয়েঃ ইয়েঃ মত্থুগি রাফমদি তা তোনাগি

ইমুংদগি থোরকপী লৈমনদি (হরাউ মোমোন নোক) করি হংঙ্রনি।

**পুকচাউ**—ঐন হংগিবসি পাবুংদ নত্তমাল্লে।

**গোকুলানন্দ**—ইহেঃ ইহেঃ ঐঙোন্দ নত্তবর। ইবেম্ম, খুম্মু খুম্মু নতৈহন্ন হংলিসে।

**থাম্বিকলৈম**—ইমান অয়ুক-মুংথিল মুংমিদাং শুরু শুরু নৈতুন তম্বিরকপন মমুৎ তান য়ুম্বানলোল, হৌন-লমচৎ নিংথিন খঙজৈ। খঙজখিব খুদিং ঐগি হৈনবী ওইখ্রে।

**পুকচাউ**—নিপা অসিবু পামতুন মুংশিতুন লাকইবর?

(খুমদব)

মতুস্ত্ তোক্লো। ঐখোয়গি নিপা অসি নত্তন অতোপ্প অমদ ওংলুবদি য়াদ্র য়ুম্বানলোল অতুক খঙলব নংন।

**গোকুলানন্দ**—অত্তবু হংব হৌনব্রো? লাকএ লোইরে।

**পুকচাউ**—ঐন হংলিবসি শাস্ত্রদ য়াউদব য়ুম্বানলোলগি ইণ্টরভিয়্যুনি। ইমুং অসিদ পামতুন মুংশিতুন লাকপ মৌ কয়া য়ামখ্রে চাংয়েংলকইব। মখোয়শিংদো য়ুমগি মৌ অমত য়াউদে। মতম চংন অকনব ত্রেনিং পিরবদি থবক্ত চন্নদ্রবস্থ পরীক্ষা ফাওদি পাস তৌগদ্র। (য়াম্ন থাজন) ঐন হেন্ন খঙভি, হুজিক ঐন হংখ্রিব রাহং অনিদো পাক খুম্ব ঙম্লোই। খুম্নক্রবস্থ ঐন মাবু হৈমন শিংমল্লি লৌনি। ইণ্টরভিয়্যু লোঁইরে। ফলদি ...।

**বল্লভ**—(খঙনিংন) অজ্ঞাহন ফলতু হুজিকমক হায়দোকপিব য়ারোইদ্র?

**পুকচাউ**—ঐন ফল পিব ঙমদে। লৌনি লৌরুরদি লৌ নারে, লৈনি লৈররদি লৈ তারে। ঐদি লৌরুবসু নত্তে, লৈরুগেসু নত্তে। ঐগি ইথৌদি ইয়ুমদ লাকপ মীতু মশক খঙজিনবতনি।

**গোকুলানন্দ**—অতুবু পুকচাউ, ফন ফত্র হায়মি?

**পুকচাউ**—ফনি খন্দুন ফদোক্ল লোইরে ঐখোয়সু। তুংগি রা খঙদে।

**চন্দ্রাবলী**—(ইমুংদগি থোরকই, মফিসু হোংদোরকই) অঙ্গাখোয় খায়নসু নুপীসিবু পাম্বিরে, ঐগি রাখলদি তৌবিদ্রে। ঐসু চৎনিংতুন লৈব কুইরক্লবনি। ঐবু ঙসি অহল লমন খায়ন ইকায়ব পিবিসি নুপীমচা পাঙ্গল শোনবিনি তুংদ চুরুংবিহৌ। (মহন্তদ ওনশিন্দুন ইবুংঙো, নুংঙাইবিরেদকো, তৌব ঙম্বিরেদকো হে মোহুক রা য়াম্ন ঙাংনগুমসি। য়েংঙোয়, শেমফু ফুক্কুন পুবিখিব লুপা ৫০৲ দো পিবিরো। অতুগ খুদোল তৌথোকপিরুব, ঐন বাসক শকপদ শেৎচ-ইঞ্জনব থমজব, নাইলোনগি ইন্নফিতুগ ফিগে ফনেক্তুগ পিবিরক্লো। য়েৎচরোইদ, নিংব থুংবিহৌ, হেক্ত চৎচখিগে। ঐগি লুপাতুগ পোৎতুগ পিবিরো। ঙকশিন্নদনক লৈবিনু।

**থাব্লিকলৈম** - নুপী লৈব নিপা ওইরেকো! (ঙক)

**চন্দ্রাবলী**—ইঃ ইঃ নুংশিদ। (করেম্নন) খঙবিরমদ্রিবোইরে, হোঃ নুপী লৈব নিপানে। খঙবিররিনি। চিংনবিরুনু, চিংনবিরুনু, চৎচথ্রনি।

**মহন্ত**—চৎথ্রো, চৎথ্রো। নংবু পামদদন অম থিরক্লনি।

নং লুপাদো হয়েং থিনবিরকে, ফিতুদি ঐ খঙদে। তশেংবনি ঐ খঙদে।

**চন্দ্রাবলী**—কয়াদ ঙম্মিব নিপ্পানোনে। চন্দ্রাবলী ঐঙোন্দ অতম্নকাদি নম্ব য়ারোই। পুরক্লো কদায়নো চৎচথগে।

**পুকচাউ**—মীন তাল্লকপ দাবীসু চুম্মি। পিথোকখ্রোদন মহন্ত নংন চৎহন্নিংলগ।

**মহন্ত**—পৈশাতুবুদি লৌই। ফনেক্ক ইন্নফিগতুদি ঐ খঙদে।

**পুকচাউ**—কনান খঙদোরিব অতুদে?

**গোকুলানন্দ**—হুরানবন। লুপা অহুমদং লোৎচরম্ব হিদাকপু মখোঙ মখ্যদ লৌথোকপিরম্লে।

**পুকচাউ**—( মত্তোমত শোনব ) হায়রি রাফমতুদি শোয়রেন।

**গোকুলানন্দ**—খাবৈ চেগপসু ঐন চাকথোংবদ পুজবদো লৈরম্নদ্রে, লৈরমদ্রে।

**পুকচাউ**—অতুবু কনাননো?

**গোকুলানন্দ**—হুরানবন, হুরানবন।

**পুকচাউ**—হুরানব হায়রিসি পাবুংন চিংনব মতুংইন্ন (মপান্দ খুৎলোং লাকপ উবদগি) হায়রিমক্তদ কেকু ফোংসরে।

**খুৎলোং**—[লাক্ক লাক্ক] হুরানব হুরানব হায়নরিসিবু ঐবুরো? [থারিকলৈম উবদগি ইকায়তুন চপ লেপ্পি মমায় লৈথোকতুন]

**গোকুলানন্দ**—[শাউন] নংবু নত্তদি বদমাঈস।

**খুৎলোং**—হেরা [শাউন মাসু] মফম মতম চাদন।

**গোকুলানন্দ**—হেরা হায়দি? নত্তে, ফনেকসু পুখো,

খাবৈস্থ পুখো, চেগপস্থ পুখো। ঙসি হুংদাংগি চেং রান্নব পুজারী ওইরুবদে ফংলকপ দক্ষিণা লুপা অহুমথু কৈদৌন পুরিনো হায়ব হা ?

[ পুকচাউ মমায় লৈথোকতুন থাং্‌ছ। ]

**থুৎলোং** ময়াম মমাংদ ইকায়িব পংপি পিবিহুদ। অঙাং নত্রে। নীসি শাওরল্লদি মমা মপা মশক খংদবানি। পাবুংবু শিরমদাইগী ঙাওরক্লব্রো ?

**গোকুলানন্দ**— রাধে ( উপায় লৈতবগী নাইশোল )।

**থুৎলোং**—লুপা অহুমথুদি ঐ খংহে। দাধন্ন ঙসাই ফমুং মদ সিদ বিলায়তী উচি ফাদৌগি হোৎনরম্বনে। নখোয় খায়গি চাইনভম থুৎলোং শর্ম্ম নত্তে, ভাব তাউ তন্নুব।

[ শাওরম্লগ তমুক থোকখ্রে। ]

**গোকুলানন্দ**— মসিদ হাংগো লোইবে। পাপ নত্তে, পুন্যনি।

( তান্নগে তৌই )

**পুকচাউ**— করিনোনে পাবুং তরেৎশুবী লৈনগি মমাংদ।

**গোকুলানন্দ**—( হুৎ লৈথোক্লুম ) মতোংগাক ইনাই নাইদ শারদন নহাসিম।

**চন্দ্রাবলী**—হো: অতু অদা খংহন্দে। ( মহন্তদ ) নিপা ওইবন মুন্ন বুদ্ধি তৌবিয়ু, ঐ মফমসিদ কুইন লৈতনিংদ্রে।

**মহন্ত**— শাউহু, চৎলো চন্দ্রাবলী। ইরায়বক্কা নং ঐ কুইন পান্নৌ তম্নমদবননি। হয়েংসে ঙন্দান, পোৎতুগিস্থ মমল ওইন, নংগি য়াঙ্খেতুস্থ শোয়দন থিল্লক্লহে।

**চন্দ্রাবলী**—অতুম্ন শিদশন্নবনদি কান্নরোই।

**পুকচাউ**-- য়াদ্রগ ইমুংসিদগী নংন অপাম্ব পোৎ অম পুথ্রোদন ?

**চন্দ্রাবলী**–তাকপিরিবদ্বেবু ঐবু অঙাং করোক পিজতুন থেম্ব য়াবজাৎলো ? ইমুংসিদ করি মতিক চাব মাল লৈদন।

**থারিকলৈম** (মঙকশমদগি সনাগি লিকপরেং অতু লৌথোক্লগ মহন্তদ পি ) সি লৌবিয়ু, অতুগ পিবিথ্রো ইরায়বক্কি থোক্লরবনি। ( মহন্ত লৌব ঙমদব। তাল্লক অতুদ চন্দ্রাবলীন চেনশিল্লক্কুন তাপ লৌই। )

**চন্দ্রাবলী**– য়ারে যারে, মসি হেক ওইন লৌজরগে। ইবেম্ম, সীতা শাবী লৈহৌরো, হুংঙাইন পাসহৌরোকো নচেমদি চৎলগে। ( মহন্তদ থান হায়ফেৎ য়েংলম্লগ ) অহল লমন পূম্নমক ননাই লূদবী চৎচরগে, সীতা শাবীবু সেবা তৌহনবিহৌরো।

**গোকুলানন্দ**— চন্দ্রাবলী শাবী, নংবু অওইমক্কী চৎপ তারবরনে ? মহন্ত ?

**মহন্ত**— অঃ চংচথ্রসনু, মান হৈনররোই।

**চন্দ্রাবলী**— ( মহন্তদ ওনশিন্দুন ) হৈনজদে, হৈনজদে পাগসখানাসিদ লৈজব। ঙসিদগি ইনিংতম্ন পাইজরে পাইনিংব মফমদ। ( থোকপ্রে ফৎ ফৎ হাইতুন )

**পুকচাউ**— পাই তারসু নপামদ অতুক পাউ তাক্লম্মু, নয়ুমদ চংব ঙাইঙমদ্রবসু শুমাং মতোনগি পুংদোল মশাদ তোংলগ হুইস অমুক্তং খোংলম্মু উরিৎ মানবী।

( ময়ামতু নোক্লিংঙি অতুবু ফাজিল্লি।)

**গোকুলানন্দ** হুজিক্তি মুপীমচা নহাক্ন ইমুং অসিগি মবেম্ম ওইহৌ তারেদো তরেৎ লৈম।

**পুকচাউ** হয়েং নো'ঙাল্লগ ইমুংসিদ থানান হৌদোক্নরবদি ?

**গোকুলানন্দ** - ইবেম্ম নংবু থানানকা নচিল হংলরবদি ইশান য়াদে হায়গনগদোবী জা লো ?

**থারিক লৈম** ইখোঙ থোংন লাকচরবনি, চেঞ্জরোই !

**গোকুলানন্দ** - অত্তুনিদন ইমৌসিদি।

**পুকচাউ** - ইবেম্ম, পাবু গী য়ানব চৎলু। অত্তুগনে খঙ্-ড্রিবৈদদি খঙড্রিবৈনি, হুজিক্তি ইনাও নিপা মহন্তসে খুঃউ শেল্লু।

**মহন্ত**— মতমসি থেংজিনশ্রে, থৈরু খোৎলুনব ঙল্লিবৈদ, করি হায়গে ভাঙ্গ বল্লভ ?

**পুকচাউ** - হান্নন অফ-ফত্ত খঙদোক্নরগ লৈমিন্নগদোবনি অঙাং বুত্ত। ( থারিক লৈমদ। সিনি, মুন্ন তাউ। ঐখোয় ইচিন ইনাও তত্তুম্নি নিপা ঙাক্তে। ঐন অহন্নি, ইমিংন পুকচাউ। মতুম অম এল, পি.গি ওজা ওইরম্মি। য়ু থকমল্লি ওক্তে, ওজা ওইবদ মতিক চাদে হায়দুন স্কুল কমিটিন লৌথোকপিরে। ঐ হুজিক য়ু থক্ত্রবদি হৈনদ্রে, অত্তুবু ঙাওবিদে। ইনাও য়াইমগি মগিং খুৎলোং কৌই। কেরাণী ওইরম্মি। সরকারগি লুপা লিশিং তরা মৎলুবগি থবক তোক্লে। মহাক পৈশা মরি থোক্তে, অত্তুবু শিনফমদি জুবার ! লৌরকপগি মহুত্ত থাদোকপ লৌ ইঙ্খোল ফাওব। ইতোন তোনব নংগি নিপা ওইদোরিবসে মেত্রিক্ত মঙারক ফেল ওই। [ হৈনদ্রত্তুন ইমুংদ চংশ্রে মহন্ত ]

চেনখ্রে লরায়দ। ওজা ওই হায়ন তাই, চহি অম য়ুমর্দ লাক্তে। মতোমদ লাকপত্থ ঙাং শক্লনি কিত্র অম লোয়নরক্লে। মত্থন অহানবী। মথংদ চহি অম মখায় লৈরগ অনিশুবী। লোইনমক খাইনখ্রে। থা অনি লৈরগ অহুমশুবী লাক্লে। মহাকস্থ কুইদে থা তরেৎ লৈরম্মি, মথংদ মরিশুবী। থা খবমুক লৈরগ মঙাশুবী। পুন্ন থা অহুমমখায় লোল্লম্মি। লোইন চৎখ্রে। খঙহৌদে তরুকশুবী তুজিক্কি নচেমদো। মা অমুক চৎখ্রে, নং অমুক লাক্লে তরেৎশনি। থা কয়া লৈদোরি?

[ থারিকলৈম ব্বারী তাবদ মকোক ঙাওই। ]

**গোকুলানন্দ**—তরেৎশুবী নত্তে, তরেৎ লৈম হায়য়্ন। অতুন ইকুগি তরেৎলৈম, শাস্ত্রদ লাউরিব হিন্দুগি মতিক চাবী নুপী অম ওইত্থন ঐবুতদি শিবফাও সেবা তৌবিয়ুকো নিপাসিবু পাল্লকত্র-বস্থ, নকুন হন্ন হন্ন হায়জরি।

**থারিকলৈম**—ইসঃ ঐ কোক অসি পুব ঙমদরে।

[ মকোক ঙাওরকপ, খাঙননব হোৎনব, ঙম্লক্তব, মমৈৎংদ লৈবাক্ত লোংন হাইথখিব। ]

**পুকচাউ**—ইহে ব্রান্থখেনে। [ বল্লভ চেনশিন্দুন কোনখৎপ]

**গোকুলানন্দ**—হায়ঃ মহন্ত! ইগৌ ব্রান্থখ্রে! হরিনাম শোল্লু লব্রাইদ!

**মহন্ত**—( চেন্থোরকতুন ) মাংলে মাংলে, ইমুংফাও চংদ্রিবৈন কিরা থাং তারবো!

# অনিশুব তাঙ্কক

চহি অনিগি মতুংদনি। য়াউণং হুমিৎনি। থাবল চোংবগি মখোল মাইকৈ কয়াদগি শিনব থুংন তাবি। চাকখুম পুনব ইমুংগি শরুক অমনি। লায়ববন খম 'থংলক্লব ইমুংগি ফিভম্নি। ফক্লাং খুদিং পুমহো হোবে। অহোবদ থাবলগি মঙাল ফাওজিল্লকই। পুকচাউ অঙাংমচা অম মথাদ কোন্দুন কপ্ল থেম্মি। থেম্ব য়াদমখৈ অঙাংদু কপ্লি। পুকচাউ ফিভম শোকচিল্লি মশাদু চবাম চদৎনৈ, চোকথৈ। মরু শিং নাম্ম কোকই।

**পুকচাউ**—কপখ্রেদকো মণিমতুম! নমা লাক্লনি কৈদৌগে। (অতুমক কপ্লি। মথুন্দ পোপ পোপ ফুবিদুন 'হা' 'হো' হায়ন থেম্মি, ফব কৌব লৈতে) নমা লাক্লনি তোকও হায়রদি কোক মতোকও। অঙাং নংসিস্থ নপা হেক হঞ্জিল্লিদকো। (অমুকস্থ থেম্মি) মণি মতুম হুংশিব চাউবগ মিঠাই লৈবিনি—হো—হো—হো। (থারিকলৈম খাউ মচা অম পুত্থন চংলকই। ময়াং কংশিল্লি, চরাম চদৎনন উই) তু তু তু তু নমা লাকএ নমা লাকএ।

**থারিকলৈম**—(খাউদু চাকখুম ময়াদ থমলুরগ) অঙাংদু পিবিরক্লো অজ্ঞা।

**পুকচাউ**—মবুক লাম্মত্র কৈনো অসায়দগি কপতুনত লৈ। (অঙাংদু ফিন কোনশিল্লগ লৈবাক্ত থম্মি, মমান লোখৎলি) চৎলো চৎলো নমাদ। চেং ৱাল্লক্ল নত্রদো? চাক থোংলো, ইতৈ দিহেসি পু ঙমদ্রে। ঐখোয়ন চরা হেল্লকইসি ঙসিগ থান হুমিৎ নিনি শুরে। চেংদি কয়া য়াম্ম ৱাল্লকই?

**থারিকলৈম** - কিলো অমখক্তমক মরাল্লকই।

**পুকচাউ**—য়ারে, য়ারে। মতুন ঐখোয় অনিগি ঙসিগি পুক থন্নবদি ওক্লনি। ফরে, থোংলুরো, অঙাংহু খোম পরপ পরপ পিথক্লো। (থারিকলৈম অঙাং খোম পিথকই ফমতুন) অতুগ লৈম, পৈশা অমত লেমদ্রবর ?

**থারিকলৈম**—করিগি ওইরবনো ? লেমদি······।

**পুকচাউ**—লেন্নবদি ইতৈদ লুপা অমত পিয়ু।

**থারিকলৈম**—মথায় অমখক্তমক মরেম্মকই।

**পুকচাউ**—মথায়তুদ ওইরস্থু য়াই। কদায়নো ? নংন চাক থোংলিঙৈ অসুবায় ফাওদ চংথোকউগে। থুন লাক্কদবনিদ, খোঙ থাংবফাও থোকত্রবনি।

**থারিকলৈম**—করি লৈবিরুদোরিবনো ? চুরুপ বিড়ীগি-দমক্ত ওইরবদি ঐন বিড়ী থর লৈজরক্লে।

**পুকচাউ**—বিড়ীগি নত্তেদ।

**থারিকলৈম**—হকচাংস্থ চোকথন উরে। য়ারগদি, অজ্ঞা, লেংথোকপিগ্রনু। চাক থুন থোংজরগে, চারগ পোথাবন ফরনিদ

**পুকচাউ**—নংনমুক অওৎ অপা শাদ্রস্থ ঐন পিয়ু হায়রদি কোক মপিরকউ। নত্তে, ইতৎ তত্তুন ঐন পৈশা খর খরদ নিবসিদ অতুক য়াম্ন ভিক্ষা লংনরিসিবু করিগিনো ?

**থারিকলৈম**—নত্তে, নত্তে, অজ্ঞা, করিস্থু লৈত্রবী ঐন অওৎ অপা শাজব নচ্চদে।

**পুকচাউ**—নত্রবদি নংন ইমুং অসি থবক খর শুরগ থাকই হায়ত্নন ঐখোয়বু উশিত্তুন ভৌরিরো ?

**থারিকলৈম**—ওঃ ওন্থোকপ রাবু তাকপিদ অজ্ঞা। (মমিত্তগি মপি শিন্থরকই অনসুং ফিজিদ কিব পৈশা লৌথোক্তুন ) পঙলবী ঐন হায়জবদি ইমুং অসিগি য়ুম্বুরেলন থুপখ্রবদ দায়ী খুদিংমক হুজিক্তি অজ্ঞাগি কোকথক্ত তাহৌরে—অসিতনি অজ্ঞা। ঐবু রারৌবিন্থু। ( মখা'য় ময়েক অম লৈবাক্ত থমত্তন ) লৌবিয়ু অজ্ঞা, অরানব খুদিংমক জ্ঞান লৈতবীনি ঙাকপিয়ু।

**পুকচাউ**—(পৈশাত্থু লৌখৎলগ) হায়রগ কোক মপিথোরক্ল-দি **রা**সি সি য়ৌনগদ্রদো। পুক্লগ য়াওরক্তবগ শাউনিংবন হকচাংসি নিক্লকই হায়মি। চাক লোইরম্লো, ঐ থুন হল্লকদবনি।

**থারিকলৈম**—চাক থুন লোইরম্ব হুপী ওইবী ঐগি ইথৌনি। ঐন হঙ্গচবদি ঐখোয় খুদিংমক ইমুংসিদ লৈরিব, হুজিক্তি অজ্ঞাগি থৌজাল মখাদ হিংজরিবনি অজ্ঞা পুরেন্ন থুপখিৈদগি।

**পুকচাউ**—( মমায় লৈশিল্লক্তুন ) নংন হায়রিত্থু পাবুংন ইমুংসিগি য়ুম্বুরেল ওইরম্মি। হুজিক পাবুং লৈখিদ্রে। ঐন ইমুংসিগি অহল ওইহৌরে। সাসন তৌরগদবনি। ঐন নখোয়বু থাক্লগদবনি। নংন রান থবক শুরিবত্থু তোক্লগদবনি, সি নত্রা ?

**থারিকলৈম**—ঐন হায়জবদি অজ্ঞান ঐখোয়বু কোনবিত্থুন ঙাকশেনবিয়ু য়ুম্বানবগি অরানব লম্বীদ চৎল কান্দ। অজ্ঞান ঐখোয়বু থবক শুত্থুন থাকপিয়ু হায়জব নচ্চদে। শুব নোম্ব, মত্থুন ঐখোয়গি থ**রা**য় হাপ্তোরিব, তাইবংদ পোক্লবদি ঐখোয় খুদিংগি

ইথৌনি। অঙম্ব ঐন নোমজনি শুজনি। মতুদ অরান অহুই অশোয় অঙাম কয়ান মাংওইনরকপ তুংওইনরকপ, অজ্ঞাগি অহল ওইরব বুদ্ধিন লম্বী চুম্ন লমজিংবিয়ু হায়জবনি। লমজিংবিব কনা লৈত্রবদি তাইবংসিদ নচা ননাও ঐখোয় খায়দি নাইতোম তারব চেক্লাগুম কোয়পাই পাইতুন লৈব তারে হায়জবনি অজ্ঞা।

**পুকচাউ**—ঐহাক ভাব তাদব নত্তে। পুক লামতুন ঙহাক শাউরুবগি নংন ঐঙোন্দ বারৌরি। লৈম, নমাংনি হায়শিন্নব নত্তে, ইমুংসিদ লাকখিব মৌ কয়াদগি নংতবু ইথরার থান খনবনি অঙাওব নতৈন। ন'ন নথরায় হুংঙাইতব ড়ুরগ অমসুং ইনাওগি শাজৎপু নিংশিংলুরগ পুক্লিং হুংশিব অমসুং হুংঙাইতবন লমন খুম্নিংলি পুন্সিসিদ নংবু মহারাণীগুম থমতুন ইমুংসিগি।

( ঙাংন ঙাংন মপান্দ থোকখ্রে। থারিকলৈম শুং শুং কপতুন লৈহৌই। মাসু ঙহাক কপপুরগ অঙাংতু মনঙ্গন্দ পোখৎলে। চাকখুমদ চংতুন খাউদগি চেংত চেংজাম্মুক্ত হৈদোকই। ফত্তহৌদি য়াউব খন্দোকই।)

**থারিকলৈম**—ঐগি ইরায়বকসি ওন্থোক্ল থিদকো। বিধাতা! ঐসিবু ওন্থোক্ল থিন নোংদম্মিদকো! য়ুম্বানবগি চিং কাগুম অরাব মরকসিদ হুংঙায়ব হায়বত্ত কদায়নো?

**পুকচাউ**—( অমুক চংলকই ) চুম্মি, ফত্রব ঐখোয়গি ইরক্ত চংলতুন নংগি নরায়বক অমংব নোংন কুপশিনব থাগুমগ্রে। নশক্ত রাত্তে, নহৈদ রাত্তে, নরমচত্ত য়েংঙি শাস্ত্রদ য়েক্লিব তমজনঙাই হিন্দু হুপীশিংদো, ফত্তবন লৈঙোই শেক্তাগুম পৈরব তোর্ব্বানসিদ

অমুক হন্ন পোক্লরবোই মথাজ্জে। নবুদ্ধি নরৌশিংন শেংলব হুমিং-কি মশেক ওইত্নন চমন্নরব ঐখোয়গি লৈচিল নোংফাইবু অর্য়ুক্কি লিক্লা ওইহল্লি।

**থারিকলৈম**—ইতিক লৈত্রবী ঐবু থাগৎপিত্নন ইকায়ব পিবিবসে কর্ম ফত্তন পোক্লকপী ঐগি ইতিকচাব দগুনি। অঙাও-বগি চোইরোল তারগ করেম্নবিবনি। ঐগি চোইরোলনি হুংঙাইব পামলুবী, হুংঙাইবতবু ইশরুক ওইনিংলুবী। ফত্রব বুদ্ধিন ইন-শিল্লকপ রাহে ঙাক্তনি ঐন ঙাংজখিব অমস্থং পেম্বোকপ ঙমদত্নন কপখিব, তাইনখিব বিধাতাদ"। নহানমুক্কি মপোক্ত কর্ম ফৎলক্তবী ঐগি দোষনি।

**পুকচাউ**—ওঃ অস্থক নহা ওইরিবী চহি ২৪ ত ঙায়রিবী মহাক্ল ধর্ম্মগি শাস্ত্রগি তগং তগৎ তেক্লব পাউতাক কয়া "চিম্ফা থিরিবসে অহল ওইবগি মহিক্ল মাগি কোক্ত চংখিবননি। ঐঙোম্দস্থ অমুক অহল ওইবগি লাঈনা শন্দোক্লক্লি। চুম্মি, চুম্মি, মতম অম ইকুই কুইদন ইনিং তম্নম্মি পাবুংন য়ুম্বুরেল ওইরিঙৈদ। ওঃ কয়াদ থুন অহল ওইবগি য়োৎহিংন ঐগি খোঙ থুৎ অসে পুনশিনগ্রব। থারিকলৈম, ইতৈগি তরেৎ লৈম, নতৈ থদৎপ ঙমদ্রে য়োৎহিংসে নঙোম্দগি লৌরকপ লাঈনান অহল ওইবগি। অমরোমদ নাম্বোকপ ঙম্মি, 'অমুকস্থ খল্লি নাম্বোকসির নংন 'পিব মথায়সি পুরগ। নিংতম্ব! ঐন নংবু পাম্মি, ঐস্ত নত্তে জগৎন পাম্মি, পাম্বন অফ-ফত্ত রাখল থাদোক্তুন নংবু মথাদ কোন্দুন কপ্নরি, য়ুমথোং খুদিংদ মীপুম তিংন কপ্নরি। ঐস্থ কপ্লি, ঐস্থ,......। (থারিকলৈম চাক

থোংগৎথ্রে। পুকচাউ মখুত্ত পায়ব মখায় ময়েক্কু মুন্ন শংত্রিক য়েংলগ ) হে মখায়, নংন ঐবু কৌরি, নাকোংদ ঙংলরি, ‘অঙাওব, ননিং তম্মু, ঐবু পুত্থন চৎলু, গিলাস অমতং কুৎ য়োৎলুচো।’ (মখায়হু কন্ন পায়শিন্দুন) নং চংখিব য়ারোই, ঐবু নিং তমহনগদোরিবনি, ঐবু নিং তমহনগদোরিবনি। (চৎকদবগি খোং কাপ অম’নি কাম্থোকই। অমুক লেপ্পি মুন্ন রাখল তৌই। খংলাউ লাউই।) ঐদি লাঈজুরব নিপানি, লাঈয়েংলরোয়দোব, লাঈ-য়েংবস্থু য়াদ্রব। ( খোঞ্জেল অমুক নেমথরকত্থন থারিকলৈমদ ; ইবেম্ম, তরেৎলৈম, খল্লুরগ থরায়সি পু ঙম্মকত্রে, নিংশিংলুরগ নিত্তগি পি খাম নংহৌদ্রে। পাবুংন ঐখোয় ইচিন ইনাউ অহুম্বু রারকপিরম্ব, ঐবু য়ু থক্কন্থু থিংলম্ব, চৈরম্ব, ফুরম্ব, থেল্লম্ব। পাবুংগি নিংবৈ রাংমদ হন্ন হন্ন থকাখব, শিংলি খুদিংমক প'থহনখিব, ঙসিদি ইতৈ খংইক ইকায়দ নিংশিংলুরগ নংগি নবাহৈ পাউতাক মানবদো—ঐন অহল ওইহৌরে, ইমুংসিগি ভাগ্য বিধাতা ঐগি কোক্ত লৈরে। ( মতোমত ) মতাংসিদ ঐহাক শিংদ য়ারিব্র হে মী বুত্থু। ওঃ নিংঙম্মক্তেদ! নহালমখৈ কৈদো পঙলুরি হে য়ু থকপ। ফৈ, লাম্থেংনরবনি ঙসিদৈ। য়েংসি হে য়ু! কনান লানঙম ফিরাল থেৎপ। (থারিকলৈমদ মখায়হু হুঞ্জিন্দুন) সে লৌজরো নংগি মখায়দো তরেৎলৈম, ইতৈ য়ু থক্লরোই, ইতৈ য়ু থক্লরোই, য়ু থক্লরোই। ( লৈবাক্ত কমথত্থন ) অহুবু তম্ব ঙমদব তাইবং, নপুকচেল ফা ঙমদব পুকচাউ! নংবু হয়েংমুক থক্লিংলক-খিদ্রনে কোক ঙাওহনব হিদাক মহিদো? (তুমিন্ন ঙহাক লৈ।

থারিকলৈমসু চাক থোংলি শিং-মুং থাগৎতুন। তপ্ন অমুক হৌগৎ-লকই, পল্লেপফম খঙদব পূক্লিংগি রাঙাংগ লোয়নন মখোঙ তপ্ন তপ্ন থাংতুন থোকখি।) নুং অসিগি মরক্ত হা! নিংতম্ব! অমুক তাইবং নংগিদমক জেলদ লৈব! (কপ্লিং কপ্লিং তৌতুন) ঐ খঙদ্রে, ঐ খঙদ্রে, ঐ খঙদ্রে।

(থাবল চোংবগি বাঝাই মখোল অতৎ অখম লৈতন তারক্লি। মপান্দগি সনাতোম্বী কৌরকই।)

**সনাতোম্বী**—ইবেম্ম, থারিকলৈম।

**থারিকলৈম**—কনানো ?

**সনাতোম্বী**—( চংলকই ) ঐনিনে ইবেম্ম।

**থারিকলৈম**—( ফুক হৌগৎলি ) ইমা! অথেংবসিদ করি থবক্কিনো ?

**সনাতোম্বী**—করিগি ওইদগে, ইমা ইচা অরোয়ব রা ঙাংনসি লাকপনি।

**থারিকলৈম**—( ফক অম থাতুন ) ফকসিদ ফম্মু ইমা।

**সনাতোম্বী**—( ফমথতুন ) ইশুদি তুমগ্রবর ?

**থারিকলৈম**—তুমগ্রে। নঙ্গন্দগি হেক থাবগ হৌরক্কদবনি।

**সনাতোম্বী**—ইমা নংগি পাউ তাবদ তুমভম চাভম খঙদ্রে। নংবু ইমান হায়বসিদদি য়াউ কৈদোগে ?

**থারিকলৈম**—ইমা, ঐ হায়ভম খঙদে। করিবু হায়সিগে।

**সনাতোম্বী**—হুজিক থোকখিবতু নতৈহন নত্র ?

**থারিকলৈম**—মানি।

**সনাতোম্বী**—নতৈয়াইম জুগার রালাহ্নগ নং নিপাত্তগগি পাউদি করি তাই ?

**থারিকলৈম**—ইতৈয়াইমগি পাউ করিসু তাদে। অত্নগ মহাক্তি য়াম্ন নক্ল লৈরে হায়ব তাই।

**সনাতোম্বী**—কদায়দ ?

**থারিকলৈম**—ঐহাক অর্তুক কুপ্ন খঙদ্রি। অরাংথং ইন্দোন মালিকান ঙসি মফম অশেংবত্নু খঙলক্কে হায়বনি। মহাকসু ছজিক ফাওদি লাকত্রি।

**সনাতোম্বী**—ঐন অমুক নৌহৌন হংলুবগি কান্নদ্রবনি। কান্নদে ইবেম্ম, নংসে ইমান নদোম পোকচবনি। নংগি রাখলদ ইমা শিভম নাভম খঙলোইদৌরি। য়েংঙোয়, ইমান হায়ব ইল্লু।

**থারিকলৈম**—ইমান হায়ব ইল্লু হায়রিসিবু করিনো ?

**সনাতোম্বী**—ওঃ ভাব তাদ্রি। ইচাশিন অসুক পংশিনথ্রিব-সিবু করম্ব মাইব মাইবীগি যাদু মন্ত্রন শুমজনবিথ্রবনো! মাইব মাইবী তু মশক খঙলবদি সনাতোম্বী ঐগি ইতিং খঙলোইদ্রদো, মশমত্নু লাক্তন হাইরগ নৈংকর্দবনি।

**থারিকলৈম**—ইমান সুগায়দ চোইরোল লোল্লরিসিবু ঐগি নাকোং রাই চিলহনবিররিবরো ?

**সনাতোম্বী**—ইস! ওম্বোক্ল কন্নসু শুমথ্রেদ করম্ব মন্ত্রনো ময়ায় কনথ্রেদকো।

**থারিকলৈম**—মাইব মাইবীগি থুংশেম্ন ঐবু শুমহংখিব নত্তে। তাইবং মীওইববু হুংশিব ঙম্ব পুক্লিংগি মথা পোন্দুন শেমথ্রব রাখলদ

ফল্রে খল্লিব মখোয়শিং অসিগিদমক্ত ঐহাক অসে, ইমা ! শেগায়-রব য়ুম অসিগি মখাদ হিংহুন লৈখিগনি।

**সনাতোম্ব** —মাংঙে মাংঙে ইমাই ইবেম্ম, নং মাংলেদো, ফল্রব নপুক্লিংন নঙোন্দ নংগি নপুন্সিবু খাংঙুংক্ত কেমখিনব চিরোল তৌররিদো। নংন খল্লি অশেংব খোইহিনি, চারগ হকচাং নোয়-রক্কনি। নত্তে, ইমা ঞা হংগে। য়ুম পানব হায়দন পাল্লিসিবু করিগিনো ? খম্ব থোইবাগি রারী তারুরগ হুংশিবগিদমক্লি খন্দুন পানব জাৎলো ?

**থারিকলৈম**—হুজিক্ত অমুক নোহৌন হংলক্লি ! অহুবু চুম্মি, মতম অমদ নিপা মাবু হুংশিরুব অমসুং মাগ থুংনবন য়ুম্বানবগি লম্বাদ খোঙ লৈখোম থোক্তন চৎকনি খল্লুই। মহু হুজিক লুহোংলব মতুংসিদদি ওইদ্রে। হুংশিনরকপন য়ুম্বানবগি উরোক থোং লানবদ অহুক কান্নব ফৈরা ওইদে।

**সনাতোম্ব** - হম্বুনি। নহালঙৈদ ইমান হায়দ্রো। পাখঙ কোয়রকপ থওইরুহু। মতম চারকান্দ ইমান অফব নিপা থিবিনি হায়খিদ্রো কয়ারক হন্ন। নংন থোইবা শাহুন লায়রব খম্বদ চেনখি-ঙৈদগি চরা নামফাও চাব ফংদ্রে, নরিক নকোল শিব ঙমদ্রে, ফনেক অনি শুন শেন্দ্রে, নোংমত নোকচব ঙমদ্রে, নমাইহু খুই-জিল্লক্লে, রাখলন নশমহু অমমম কেনখিবন অমত য়াউশিল্লকত্রে, শি সিদ ঈ য়াওরক্তবম কুচু কুমেন মাশিল্লক্লে ! য়েংঙু, মশক্তসু নংন হেনবী, মহৈদসু, য়েংঙু য়েংঙু খুদিংদ, অহুবু মীগি মচাদি মমা মপান হায়ব ইনবন কয়া হুংঙাই লৈখ্রে সনান তেকথমখৈ শি।

( খাঙব ঙমদন ) ঐগি মিৎ অসে উশিল্লকত্রে নংগিদমক মিকুপ অম কাংদন তারকপ পিন।

**থারিকলৈম** অদুবু ইমা ৎাবিরুরনু, ঐগিদমক খনবিরুরনু। হুংঙাইন লৈথোকপিযু।

**সনাতোম্বী**—মদু য়াব নত্তেনে অপঙবী। হুমঃ মমান মচা নুংশিবসে নং খঙদ্রি। চুম্মি, খঙখিরোয়। অদুবু নংসু ঐদোন অহল ওইরক্লবদ নচাদু নংদোন চাউরক্ল কান্দ খঙলকখিনি, খঙলকখিনি। নচা পোৱবী চহি ২৪।১৫ শুনবী নংসে ইমাগি মিত্তদি ঙরাংদ ইমান তম্পাক্ত পম্লগ চাক ইনখিবমক ওইরবোই নিংলিনে ইমাগি লৈম।

**( সনাতোম্বীসু কপ্লি, থারিকলৈমসু। )**

**থাম্বিকলৈম**—ইমা, থেংঙনি চৎলো তোইনসু লাকনু। ঐবু উরগ হেন্ন খোইদো শাউগৎলকনি।

**সনাতোম্বা**—( মপি তৈথোক্তুন ) নংন ঐবু তান্দ্রসু ইমা চংলনি। তোবদদি লৈম, নং মুম্ন ৎাখল তো। য়ে ঙোম্ন, য়ুম্বানব হায়বসে হুংঙাইনব, চাউখৎনব পানবনি। হুংঙাইররোইদোব, চাউখৎলরোইদো লৈরদি ইমান হায়বসে য়াউ। নচা অমত ঙায়বিঙে খাইনহোবন ফৈ। ইমা পেনগদবনে, অঙম্ব মতেং পা তুন হোৎমগদবনে নংগি অনিংবদো থুংনব, চুম্নত লায়রজব উপায় লৈত ওইরদি। অদু নত্রে নখোয়গিদি। ইস! কয়াদ ঙম্মিবনোনে, মথিবোংসু চানিঙাই লৈতব মান হুংঙাইন-মপা শিবফাও য়াওদথে কুপী কোয়দ্রন লৈখিব। ইচা করি চারম্মি, ইতু করি শেৎলম্মি

খঙশিন্নদমখে মপাউকাও তা ফংদন মরোৎখিব। খুৎলোং হায়ব্র করিনো অত্তমন অফং অফং থাদোকখিনি জুন্নারদ মরৈব। মপাবুদি জুধারন জুই হায়দন চৈনখিব নত্রো শোরাৎ শোন্নব লুপা ৩০০৲ দু হুরাল্লগ। হুজিকক্ষাও মন্নমসিদ হল্লকত্রি নত্রদো? মীন ভাবদ ঙকপদি তোকথোক্লদন শাগুম তুকচ্চনরবনে। অত্তগ নতৈহন্দো, মত্তুম নংম শুরগ মান চানি, য়ু থকতুন ঙাওনি হায়বদ মথঙব। ঙাংনরুরে মান হেন্ন জ্ঞান মত্তাব। হুজিক্কি থুগতবু শুদন নোমদন হিংব কমা লৈ? মসিদ মখোয় অহুম অসিন শুদন হিংলিবসে ঈশ্বর মপুক ফমল্লি। অত্তগ নংন লৈনিদো লৈরিসে ইমাদি, খল্লুরগ কপ্লিংঙুদি হাররুত্তু, থোংলেন্ন হাপ্তা অম মখোঙ শিং তিংথোক্তুন নোকপগুম নোক্লিংঙিরে।

**থারিকলৈম**—নোকপিরুরো য়ুমদ চৎলগ। করেন্নবিররত্তু সুরায়দ।

**সনাতোম্বী**—নঙোন্দ ইমান করেন্নন্ব নত্তে। ইমা য়ুমসিদ ঙহাক লৈতন লাক্কদবসু নত্তে। ঙসি ইমা লাক্লিঙৈসিদ, মুন্ন বুদ্ধি তৌ, য়ুমদ চৎমিন্নরসি। নবুক থন্ন ইমাগ চাক অমুক্ত চামিন্নরু- খিসি। হয়েং নং নিপাত্থ লাক্লকান্দ অমুক ইমা থিনবিরক্কে।

**থারিকলৈম**—ইমা! ব্বারৌত্তু কৈদোগে নচাবু। ইমান ঐবু থুৎ শমত্তুন পুবিদ্রসু ঐ ইখোঙননে ইপামদ লাক ঙম্মি। মদো ঐগি রাখলন চৎলো ইনশিন্নক্ল কান্দ লাক্কে, ইমান থোঙান্দ হরাউ হরাউ ওক্লম্মু।

**সনাতোম্বী**—কদায়দগি তমলুব ফজরব ৱাহৈ ৱাতানো ঐ ভাব তাদে, ইমা ভাব তাদে। নংন য়ুমসিদ অসুক্কি মতিক লৈনিংঙিসে ইমা খনভম খঙদে। করিননো মতুদদি হায়য়ু। নিপাতুগি নুংশি মৈন চাক্লবরনে নুপীমচা নংবো?

**থারিকলৈম**—কনাগি নুংশি মৈন ঐগি থমোইনুংদ ওম চারুদে। অতুম্ন ঙাংতুন ঐগি খোইদৌ শিক্লনু। (শাউরকপ) চুম্মি, কনানসু লৈনিংঙোই ইমুংসিদ, ঐসু লৈনিংদে, ঐসু লৈনিংদে। অতুবু লৈনিংব শাতুন ইমুংসিদ চরা কয়া হেন্দুন (কপ্লকপ) থরায়সি পু ঙমদখৈ হনুবীগি পার্ট লৌতুন খাংলিব, ইমা নং খঙলোই, কনাসু খঙলোই, করিগিনো. করিদমক্লো, কনাগি-দমক্লো। (মপি তৈথোক্তুন) কান্নদে চৎলো ইমা। নংন মফমসিদ লাকতুন ঐবু কপচেৎপী ওইহনবিরনু। খাংব ঙম্লকত্রগ নোংম নত্রগ নোংমদি লাকপ য়াই। মত্বসু মতম ঙাইখিনি।

**সনাতোম্বী**—(কপতুন) ওস্থোকপ নরায়বক্লিদকো ইমাই ইবেম্ম লৈম।

**থারিকলৈম**— অফব কর্মন লমজিংলগ অফব লায়বক্কি থৱানমিচাক থোক্লগদবনি। অফব কর্ম চাংয়েংখিগে।

**সনাতোম্বী**—ৱারী লাইরিক্কি মরোলতন থল্লব, পুন্সিসিদ ওইথোকপ ৱারগদোব চোইঙাংতন নংগি লৈনবী ওইরে। ফরে, (হৌগৎতুন) ওইহৌরো, খাংহৌরো। নংগি নরিংজেল অসে ইমা কি। ইমা চৎলগে। (লৈশিল্লকতুন) ঙাইখো নুপীমচা, নংবু ঙসি নিনি শুরে চরা হেল্লকপ হায়রিসিবু অচুম্বর?

**থারিকলৈম**—হুজিক চাগদবগি থোংলিবসিনি। মীরা তাবিরুন্থ, তোকঙা শন্দোকপদ হৈনব মীওইবনি, ফত্তবদ হায়-জিল্লগ মখোয়গি মুংঙাইবনি। চৎলো ইমা, ঐ চরা হেন্দে।

**সনাতোম্বা**—(চৎন চৎন) নংবু ফিভমসিদ থনম্লগ চৎকনি খল্লুবদ ইমা খোঙ থাং থোকত্রবনে।

**থারিকলৈম**—ঙাইখো ইমা, (মমাগি মনাক তান্ন চংশিল্লকই) নং ঐগি থবক অমত মতেং পাংবিগের?

**সনাতোম্বী**—ইচাগি থবক্ত ইমান নতেং পাংলোই হায়বসি হায়থ্রবরনে?

**থারিকলৈম** – অত্তুদি ইমা, ইন্দোন মালিকাদ মাগি লৈফমত্তু হংবিরগ ঙসিমক ইমা নং অমুক্ত চৎপিত্নন মাবু ইমুংসিদ পুশিন বিরকপ ঙম্বিগদ্র? হায়য়ু ইমা ঙম্বিগদ্র?

**সনাতোম্বী**—(ঙহাক খল্লগ) উমঃ মত্নু ঐন তৌভম থোকপনি। শোয়দনমক তৌব তাবনি নংন নপামদ চ'সি য়াদ্রবনিন। ফৈ (মথৌনা উৎতুন) কদায় ইশুত্নু ঐ পুখিগে।

**থারিকলৈম**—অঙাংসিদি অথেংবদ করম্ন?

**সনাতোম্বী**—মপা পুরকপদ মচা মাগিমু মথৌনি। কদায়? (থারিকলৈম মমাদ অঙাংত্নু থোংগৎপিরে) ইমা চৎলে। ঐ পুরকপ ঙমত্র য়েংলুখিগে।

**থারিকলৈম**—থুন লাকউকো ইমা। খৎনরক্কনু।

**সনাতোম্বী**—খৎনরোই, খৎনরোই। (অঙাংত্নদ) কপ্লকনুকো ইবুংঙো, নপা থিব চৎলিবনিহায়। (ঙাংন ঙাংন থোকপ্রে।

থারিকলৈমসু থোঙজিনফাও থিন্দোকলুরগ চাকখুম্নোমদ চংলতুন লোইশিনব হোৎনরি। অতুগ পুখম অম পায়রগ মনিংথোঙলোমদ থোকখ্রে খুজাম হৈদোকপ। খঙহৌদন থারিকলৈম 'ইমা' হায়ন কন্ন লাউতুন চেনশিল্লকই। মহাক্ক লাউরকপ অতুগি মতুংইন্ন নিপা অমগি খংবগি খোঞ্জলসু তাই 'হায়' হায়ন লাউরকপ। থারিকলৈম য়াম্ন কিন মনিংথোঙ লোনশিল্লি। মহাক লৈরগ মমাংথোঙলোমদগি মতু ইপোন পোন্ন খুৎলোং মকোক মরু ইচোং চোংন চংলকই। মতু উবদ থারিকলৈম ইঙক ঙক্ল য়েংভি।)

**খুৎলোং** - থাবলন ফিঙৌ ফৌগুম ফরসিদ অতুক চাউন ফম্লি ঐবু উদদন ইথক্ত খুজুম হৈজিন্নক্লিতুবু ঐবু উশিত্তদন তৌরিরো ?

**থারিকলৈম**—( নোক্লিংব ফাজিন্দুন ) মনিংথোঙদ অজ্ঞা লৈরমগনি হায়বদি ঐ খঙজরুদ্রে।

**খুৎলোং** - খঙদ্রসু উভম থোকই হায়মি। অমম্বমক্তি নত্তেদন। ঐ খঙলে ঐবু উশিত্তদন ইমুংসিদ চংহন্নিংদদন তৌরিনে। (মকোকতু ফি অম লৌতুন তৈথোকই)

**থারিকলৈম**—ঐ লানথ্রে, অশেংবমক খঙজদতুন অজ্ঞাদ ব্যবহার কায়খ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু।

**খুৎলোং** – ঐনদি কোক চংলকদৌদু ইমুংসিগি হালত য়েংথোক্কদৌগি মনিংথোঙদ লুম্লি।

**থাম্বিকলৈম**—অতুবু কোক চংবিরকপদ করি অকায়ব লৈগে অজ্ঞান অমুক মনিংথোঙদ লুম্বিরুদ্রস্থ ?

**খুৎলোং**—ইকায়দন তৌরিনে হেক চংলক্কদৌদো। ওম্থোক্ক ভাব তাখিদ্রেদ। নং চাকতু লোইরবরো ?

**থাম্বিকলৈম**— লোইজরে।

**খুৎলোং**—অতুদি থিরক্লো ঐ চারগে।

**থারিকলৈম**—য়াম্ন ফনি।

**খুৎলোং**—মুনব মুন্দব খরবু ওইশিল্লক্লদি হেক্ত থিরক্লো। চাভম থকফম খঙদব কুইরক্লবনি। হকচাং অসি পু ঙম্নকত্রে ! (মনঙ্গন্ন কাংথোন্দ ঙারগ লৈবাক্ত ফমথৈ)

**থাম্বিকলৈম**--(চাক থিগদবগি থৌরাং তৌন তৌন) শোরাৎ ফাও য়াউবিদথৈ অস্তুক কুইন পাউ ঈ অমফাও তা ফংখিদন চৎপিখিবসিবু...... ।

**খুৎলোং**—ঐ অসে মমা মপা হুংশি খঙদ্রব তীল অমনি। অতুবু পাবুংগি শোরাৎ য়াউরোই খন্ন লোংখিব নত্তে। লুপা ৩০০৲ দু পুরগ লায়বক য়েংনিংলুবদগি শোয়খিদুন ইপা হুংশি মশক খঙদবদো ঐহাক ওইগ্রে। জ্ঞান তান নংন হংলকপসিদ ওকত্রব নতেসে জ্ঞান তান খুম্ব ঙম্নি। তাধন্ন অমদি কৈরোই লৈকাইন অশাও মিৎয়েংন য়াক্লব হুংশাগুম ফুজিম্লকপদ ঐহাক খাংভম লৈতে। মতুগি কিবন ঐহাক য়ুমসিদ চংঙকপ ঙমদমখৈ মনিংথোঙদ লুমদুন লৈবনি। নখোয়নদি খঙলোই। অহিং অহিংদ য়ুমসিদ লাকইবনি ঐহাক। লৈখিদ্রব পাবুংবু থমোইহুংদ কোদুন

কপ্লিবনি। ইরালগি মতিকচাব দণ্ডি কিবদৈ য়ুমসিদ চংলকপ ঙমদন নহালমখৈ নাথৈত্নুন লৈরুবনিনে। অদুবু ঐগি চংভম লৈরকত্রব, চাদবন থরায় মপান থোকখিদৌর কানসিদ ইয়ুম থিরক্লিবনি। তাধন লৈরিঙৈদদি চংলকপ কিতুন নতোমত ঙায়র-সিদ ঐহাক চাক খরদদি চাগে চংলকপনি। ইকায়বন তাইবংসিদ হিংনিংদ্রে। নংন ঐবু ইকায়ব পিগনুকো লৈম।

**থারিকলৈম**—হৌখি পূন্নমক হোৎন্রে। হুজিক্তি য়ুমসিদৈ মপান থোকপিগ্রনু। ননাও মক্লি খন্দুন মুংশিবিরদি পাঙ্গল ফব ইতৈ ঙাক্তনি ঐবুতদি নোংমত ওইরবসু পুক থন্নবতদি পিজবিয়ু, অজ্ঞাখোয় খায়গি সেবা তৌজত্নুন পুন্সি অসি লেঞ্জগে নিপা মান থওইবিদ্রসু। (চাক থিব লোইরে)

**খুৎলোং—**( মপি তরং তরং শিন্থত্নুন ) ঐহাক য়াম্ন ইকায়ব্রে নংন হায়রিসে অচুম্ব ঙাক্ত ওইবন। ( ঙহাক লৎলগ ) লাউ খোংন কপ্লকই ) হোঃ পাবুং, ইপা ইবুংঙো মুংশিব, নচাবু বারৌগনুকো, ইপাগি লমন শিং ঙমখিদ্রে নচা খুৎলোংন। হোঃ ইমা মুংশিবী, নিংশিংলকইদকো পুকফবী। ওঃ য়াম্লম্লনি পাবুংগ ইমাগগি মঙকশমদ জুরারগি চেন শিংজং ওইত্নুন মচা জুগারন্নালা পোকলুবদৈ। য়াম্লম্লোইদ্রনে থারিকলৈম?

**থারিকলৈম**—(কপ্লিংলুবদৈ নোক্লিংব ফাজিন্দুন) য়াম্লমগনি শোয়দন।

**খুৎলোং**—(মপি তৈথোক্তুন) ঐ শান্নররোই জুগার, ঐ শান্নররোই, শান্নররোই, শান্নররোই।

**থাম্রিকলৈম**—( চাক অথিবত্থ খুৎলোংগি মমাংদ থাংজিন্দুন) হাবিব য়ারগনি। পুক থন্ন হাবিরগ থৱায়ন তেকখৎলক্ল কান্দ হৱাইমতোন চোংখৎলকপ পূক্লিংন থাজবগ লোয়নন ব্লাখল তৌবিয়্ন শান্নবন ফত্র, শান্নদবন যত্র। মতমত্তদ মরুচংব হব্লাইথরাক পাল্লক্কনি। লোক্লব হোৎনবিয়ু।

**খুৎলোং** – হেরা, খু·লোং ঐন রাশক্লিদন শিবদ মৈন চাকথ্ররোই হিন্দু অম ওইবৈ, ইপা ইপু নরক তাগে ঐন অমুক হন্ন জুবার শান্নরব। ঐন হায়ব থাজো লৈম। হে খুৎ! নংন অমুক হন্ন জুব্রার চে পায়ররব নং হেক পৎপ ওইয়ুকো। অত্থগ পূক্লিং! নংন হেক শান্ননিংলক্লবদ মেৎখায়ত্থন হাৎকদবনি খংঙু।

**থাম্রিকলৈম**—লুক অমুক্ত হাবিখো, মীন তাথ্রগ সমাজ্জদ সাক্ষী ওইখিনি।

**খুৎলোং**—( তাদবমখৈ ) হোঃ পাবুং মচা লুন তৌবোও! যম নিংথৌদ জামীন য়াবিয়ু নচা জুগার শান্নজররোই।

**থাম্রিকলৈম**— করেন্নবগি মওংদ, মতৌদি মালহন্দন) অজ্ঞানবু পূক্লিং লেপ্পিরবদি অজ্ঞা পুরেন্দি যুধিষ্ঠীর মহারাজবু নেক্লম্মনি যম লৈবাক্ত জামীন য়াবিনব।

**খুৎলোং**—মীন তাথ্রগ ঐসিবু ঙাওই হায়নখিগদরনে নিংঙম-দবগি লোনখি চোইরোলসে। মীন ঐবু লৈতুম থাত্থন করেম্নত্থন লক্লনিংলব্রনে। (চাক চাগদৎগি চখোম অম পায়খৎলগ) মীওইবগি থরায় ওইরিব চাকসিবু থওইদত্থন ঙসি ঐন মোংফমদ জগোই শারুব। চাক্কি মগুণ অসে লাম্লক্ল কান্দদ খঙলকই।

**পুকচাউ**—( চংলক্কুন অমসুং শাউবন মমিৎ ঈ বাড়ুন ) লাম্লক্ল কান্দদ খঙলক্কনি। জুরারগি মগুণ থাদোকথ্র খঙলক্কনি। গধা, নং য়ুমসিদ কৈদৌন হঞ্জিল্লকই ? কৈদৌন হঞ্জিল্লকইবগে ? করি অমুক মাগে ইমুংসিদ য়োংতাৎ তৌররিনো ? মায়থাব ইকায় খঙদব বুহ্ (চেনশিল্লক্কুন চাক অহ্ মুল্লি চারুব্লু, কৈদৌন চারিনো ? সে, চাদৌ শরুক থাদোকউচো জুরারদ, চংলো থাদোকউচো। বদ-মাঈস, নশকতু উরগ মিহুল খুদিং পোথাদ্রে নঙকশমদ শদন অম থারগ থাংজোৌন য়াম্নিংলকপন। কান্নদে রা য়াম্ন ঙাংনদন। মপাবু নুংশিব খঙদত্ন চেনশুব নং হসে ঐগি ইনাও নত্রে, জুবারগি মনাও ওইথ্রবনি। অহ্ন ভাঈ খুংলোং, ইমুংসিদে মপান থোকখিদ্রদি নংবু শোইদন থানাদ পিথোকগ্রনি। জুরার শান্ননিংবন জেলদ চংনি-দ্রেদি নথগায় পুত্ন চেনথ্রো! খুদক্ক চেনথ্রো।

**খুংলোং**—ঐ লারে ঙাঙ্ন। ( কপ্লি নপ্লি তৌ ন ) ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐ জুবাব শান্নজররোই।

**পুকচাউ** হায়রিসিনি নংন চেনখিদ্রদি থানাদ পিব, খঙলে-দন ভাঈ! নংনি নথক্ক তৌগদোব চাক নং খংলত্র ? হায়বিগে তাজৌ, লৌ ইংখোল পাট্টা হুরান্দুন থাদোকলুবৈ অহানবদ। অনিশুবদ থারিকলৈমগি মোহর ১০ গি সনাগি লিক, লৈ হুরান-খিবগি। অহুমশুবদ জুরার থেফমদ মহাজন অম শিরম্বহুগি নঙোন্দ মীহাৎপনি তাইশিন্দুন চার্জ তৌশিনব।

**খুংলোং**—( ঙকপ ) ঐহাকপু জেলদ থম্বিদোরব !

**পুকচাউ**—ঙক্কনু। ঐস্নু অদুঙাই, নংস্নু। মান মান তৌজরু কর্মগি ফল ফংজবতনি।

**খুৎলোং**—তাধন! হায়রিসিমক অশেংবরনে?

**পুকচাউ**—পাখৎকনু। হায়গ্রিদুনি, পাখৎনিংলগ চেনখো। ইয়াম্ববু রারৌনু, নংবু নখুং তুংবুন্নরগ পিথোকখি তারে জেলদ ননিংতম্ব মাংহন্নবৈ। ইয়াম্বস্নু অদু মঙাই। ঐন ইনিংতম্লিংলগ অঙম্বন ঐবুস্নু খোঙদ য়োংহিং থা'বিরনি। নংদি ঐন ঙম্লবনিন ননিংতম্ব মাংহন তারে।

**খুৎলোং**—অওইমক্কি ঐবু ফাবিদুন জেলদ থম্বি তারদি, ইনিংতম পাম্বনিন ঐহাক চেঞ্জখ্রগে। ইমুংসিদ অমুক হন্ন ঐগি শক উৎলররোই, মতুংদ কনাদস্নু অঃাব পিররোই। তাধন, তরোয়ব ওইন ইমুংসিদে চক্রিঙৈ চাকুদদি পুক থন্ন চাজখিগে।

**পুকচাউ**—ননিংতম পাম্ব ন'দি চাক চারুনু। চাক চাবদগিস্নু অদুমক ননিংতমখ্রো।

**খুৎলোং** ফে। অদুফাওস্নু য়াদ্রদি (শাউনিংব অমস্নুং অরেপ্পগ লোয়নন) ননাও চৎচরে। থারিকলৈম, নতৈবু শাউনু, নংগি নরল নথুম ইতৈন খর শোকখ্রে। (চৎলি। থোকখিদৌৰ খোঙকাপ অনি অহুম্লোম রাৎলিঙৈদ পুকচাউন তুংলোমদগি কোন্দুন ফায়।)

**পুকচাউ**—য়ারোই, চেনখি য়ারোই।

**খুৎলোং**--(নাম্থোক্কদবগি হোৎনদুন) থাদোকউ ঐবু। করিগি অমুক ফারি?

**পুকচাউ**—থাদোক্লোই, থাদোক্লোই ইখুত্ত চল্ল হুরানবনি। নগুণ য়েংনিংহুন চেঞ্জখো হায়খিবনি। চেন্নিংলব নহা নংদি ননিং তম্নিংবৈদমক মীওইবৈ আইন য়াদে থাদোকখিব। (খুৎলোং নাম্বোক্কদবগি হোংনৈ)

**খুংলোং**—থাদোকউ ঐবু। ঐবু ফাবৈ অধিকার লৈতে। থাদোকউ।

**পুকচাউ**—তরেৎলৈম, থৌরি পুরকউ ঐন শীংহুন থম্বদো। থুন পুরকও মহাক চেনগে হায়রি। (থারিকলৈমন থৌরি পুরক্তুন পি। য়াম্ন বান লাক্লহুন পুকচাউন খুৎলোং মখুৎ তুংবুন্নন পুনশিল্লি, অহুগ কাংথোন মখোঙগ পান্নন পুনশিন্দুন থম্মি। ম্বর চনিং চমাং শন্নদন বারুবদগি) লুমহুন লৈব হৌদোংদগি নাম্বোক্কদো উচিদি লৈতে বিলায়ৎতী ওইংনস্থু।

**খুংলোং**—হৌনশার? (শাইন হায়য়ু সমাজ! হৌনশার আইনবু মমিৎ থুপহল্লগ হুরানব অচৌবন হুরানব মচাবু ফাব? ধর্ম নিত্তীদ চিরোল তৌশিল্লগ অচুম্ব শক্তন ঐবুন হুরানব শিংগ ফারিব অঙম্ব! [পুকচাউদ] হায়য়ু নং কনানো? নপোকউগি হুরানব মশক খঙদ্রিব ধর্মরাজর?

**পুকচাউ**—ইখুৎ চল্লব হুরানবৈ মরা অঙম্ব ঐন তাগদো নত্তে। তৌভম থোকপ ইথৌ নংবু জেলদ পিব।

**খুৎলোং**—অঙম্বৈ শক্তিন ঐবু ফাদোক পিয়ু। তৌইগুম্বস্থং লৈবাক্ল খঙনৈ অঙম্ব নংস্থু য়ু থকপনি। য়ু থকপন ঐঙোন্দ বিচার তৌ মতিক চাদে। নগা লৌদে। তানিংব রায় তাউ।

**পুকচাউ**—অঙাংন মনিংতম পামহুন ছুটী লৈথোকতুন শান্নে, থিংলুব ওজাবু মখোয়ন তাথি।

**খুৎলোং**—মতিক চাদব ওজান অঙাং ছুটী লৈথোকহনবনি। মীঙোন্দ পাউতাক পিবদ মহৈব ওজানি, হুংদাংন মরোল লৌয়াদব। মতিং ফব অঙাংগি মাঠান হংলি ওজাদি য়ার ছাত্রদি করিগি য়ারোইদৌব? তাধনমক নত্রো পাবুংগি মথক্ত খুৎলাই পায়দব আন্দোলন হৌখিদো নিংতম ফংনব। নতুং ইল্লক নত্রো নোংমত ক্লাসতৈ মপান থোকচদ ফাষ্টত তাহুন লাকপ ঐহাকস্, ইনাও মহন্তসু। নংন ঐখোয়বু থেম থেমহুন পাবুংগি ফুরিৎখাউদৈ পোকেট মার তৌ তমহল্লক নত্রো? নংন ঐখোয়বু ইনশিল্লগ লৈকাইগি ঙান্থ খুন্থ মকোন্দৈ লৌথব তম্বি নত্রো? পাবুং কিবদৈ ঐগি লাইরিক খাউদ তাস য়েপশিন্দুন থমখি নত্রো? হায়রকখোর লংতুমদৈ লং চিংথোরক্লুম।

**পুকচাউ**—(ইংন) হায়রকখো, হায়রকখো, ঐ ইকাইবিদে। ইকাইবৈ মহুৎ পূক্লিং হুংশিরক্লে, থমোই পেথরক্লে। ঐন নখোয়দ থাজিনখিব ভূত লোইশনব ঐগিস্ ইথৌনি। মহুদ নখোয়সু অরা খর খাঙব তাই।

**খুৎলোং**—ফত্তব তম্বিরকপ নহাক্ল ঐবু অমুকসু পুন্সি অসে জেলদ লোইহনবিদৌরি।

**পুকচাউ**—ঐন তম্বিখিদি খজিক্তনি। হৈমনখিহুন পাড়া হেঞ্জিন্ন নংন ফারুবৈ ফংজদো দণ্ডিনি।

**খুৎলোং**—ঐ লাল্লি হায়নিংদব মীওইব! (অমুক্তং হাঃ

হায়ন কন্থিথোক্ল লাউই। মতমসিনক্তুদ সনাতোম্বীন মাং থারগ মহন্তন তুংদ চংলকই। )

**মহন্ত**—অবোক্কি করি নথৌ লৈত্নুন ঐবু মীমাংদ ইকায় পিররিনো ? ( শাউন ) নুপী ওইরম তৌনি।

**সনাতোম্বী**—ইবেম্ম, ননিং থুংন ইকায় ইকি হুন্দোকতুন পুজরক্লবনি।

**মহন্ত**—নুপী নংন ইনশিন্দুন নমা থারক্লিবনি। (থারিকলৈমগি মনাক্ত চংশিন্দুন) নংগি নথৌ করি লৈত্নুন নমা থারক্লিনো ? নংগি খুজিল নত্র ? হায়য়ু ( কন্ন লাউত্নুন খুবাক্ল মখজাইদ থাই। )

**থারিকলৈম**—ইসঃ ( লৈবাক্ত কুস্থত্নুন খাংডি। )

**পুকচাউ**—মহন্ত ! ( মখুৎ পায়ত্নুন চিংথোকই। )

**সনাতোম্বী**—হিঃ করিনো সিদে। ইচা শিরেদন। ( চেনশিন্দুন মচাবু কোল্লি। )

**পুকচাউ**—( মখোল নিক্ল, শাউনিংব ফাঙমদন ) হুংশিরবী, মরাল লৈজদ্রবী, ঐখোয়গি থব্বার ওইরিবা তরেৎলৈমবু (মহন্তদ) নংন খুবাক্ল থাখিবে লমন ! ( পুকচাউ অতৎ অখম লৈত্তন মহন্তগি মমায়দ য়েৎলোম ওইরোম হন্ন হন্ন থাখি। )

**থারিকলৈম**—(খাংঙমদন) অজ্জা ! ওক্লে, ওক্লে, অজ্জা !

**পুকচাউ**—( ফুরুরগ মনায় লৈথোরকই অমসুং খাংঙমদন ) তরেৎলৈম, ইতৈন নংগি লমন শিংলুবৈ নং ব্লারোমাল্লে। মত্নুন অমুক হন্ন ইতৈ পেনথ্রে।

**থারিকলৈম**—অজ্জা, ইকায়খঙদবী ঐন মহাকপু ঙাইত্নুন

য়ুমসিদ লৈজরুবৈ দোষনি। মাগি মরাল নত্তে।

**মহন্ত**—( শাউনিংব অমসুং শীংবগ লোয়নন ) তাধন! নহাক্ক ঐঙোন্দ খুবাক্ক থাখিব নল্লেদো ঐন ঐগি হুপী ফুজবদ।

**খুৎলোং** – মহন্ত, ইয়াম্ব য়াই তাধন্দ নংন শাউবদো। (কল্লক-পেল্ল) অওং'পা শারি তাধনগ শীংনৌ। ইয়াম্ব নঙোন্দ লেপ্পিনি। অতুগ রা অমদি নংন হুজিক থারিকলৈমদ ফুখিদো ইয়াম্ব পূক্লিং নৌই, য়েংনিংদেবো।

**পুকচাউ**—নখোয় অনিন ঐঙোন্দ শীংনরিসে ঐ শাউদে, কল্লক পেল্লি। ঐত ফত্তবদো ওইজগে। [মহন্তদ] হায়য়ু অঙাং বুত্থ নং ঙমগদ্র ক্ষতিপুরন পিব?

**মহন্ত**—তাধনগ ঐগ রা ঙাংনবৈ দরকার করিসু লৈতে। তাধন্ন শাউরিবতুই মতিক চাব পাউখুম পিরক্লগ থকসি খাসি নাইদে হায়নখিনি। [ থারিকলৈমদ ] হেঃ হুপী! নংবু ইমুংসিদ লৈউ কনান হায়? ঐন নংবু খাইনথ্রব নত্র? নমায় পান্দতুন ইমুংসিদ লৈনি লৈরিসিবু ঐবু য়ুমসিদ পুন্সিসিগি হঞ্জিনহল্লরোই হায়রিরো তৌ ঙম্বী। চোপ্পিংদ্রদি চৎখ্রো চৎলো। নং লৈবদৈ ইপা শিখিফাও ইমুংসিদ চংলক্ত নল্রো?

**পুকচাউ**—ইপা শিখিফাও চংলক্ত নংন ঙসিদি কৈদো লাকই?

**মহন্ত**--মমা ষণ হনুবীসিন থারিকলৈম শিহোদোরে, উন্ন-হোড্রগ ফজদবর হায়দন……।

**খুৎলোং**– চুম্মি, মপা শিবদি থওইরোই, মুপী শিখিদোরে হায়রদি হেক্ত শ্বাই লাউবনি। নত্রদো মহন্ত?

**মহন্ত**—ইপা শিববু থওইদব নত্তে।

**খুৎলোং**—নত্রদি করিগি ইমুংদ চংলক্তে? ইপা শিদোরে নত্রগ শিখ্রে তাখিদ্রবর?

**থারিকলৈম**—অজ্ঞা হংবিরুরমু।

**পুকচাউ**—চুম্মি ইপাবু থওইদব নত্তে হায়রিসে। শঙ খন্দুন লৈরব ইপাবু হুন্দোক্লম্লগ কাছারদ মীগি মরা লৈবী মুপী অম পুত্তন চেনখি নত্র? ইমুংসিদ থানান পুমকোয় কোয়শিনথ্রবদ নংগিদমক (মহন্তদ পাবুং পুকফবদো কৃষ্ণগি মহুত্ত নংবুতবু শোন্দূন লানঙমদন থরায়দো লানখিবনিনে মহন্ত ( মমিত্তগি মপি তারকই। মহন্ত পেরকই, অতুরু মখোল থোক্লদি কপ্তে)। পাবুং লৈখিদবৈ মুংনাং-বদি হায়রুমু নংন ইমুংসিদ নিংথৌ শাররি। (শাউন) য়েংঙু, কাংথোন মখোঙদ নিপা অম পুল্লিবসে, নংসু ঙাইতুন লৈরবমি। নখোয় অনিমক ঙসিদৈ দণ্ডি পি ঙম্ব অঙম্বগি মখয়াত্ত তাথ্রবমি। মহন্ত নং চেনগমু, নরালন নপোৎ ফারবনি। নংগি মুপী লৌনি লৌরগ হুন্দোক্তুন থম্লম্বে অমদি নচা য়োক্লকপাগি, চহি অমিসিদ চংখিব খর্চ নংগি তাধন্ন নথক্ত ক্ষতিপুরণ-তাম্লি আইনগি থোঙদ। রায়েনশঙদ অঙম্ব বিচার তৌসমু। লমচৎ লৈত নিপাগি শাজৎ মীগি মুপী হুরাল্লুব নমায়দো সমাজলক্ত আইন কৌব সাহেবম য়েং-নিংদে হায়। চহি খরদি লানবন মমুংদ হিংলুখি তারি।

**সনাতোম্বী**—ইমাই ইবেম্ম নংবু হুজিকফাও নপুকচেল হোংদ্রিবরনে ? মরমচৎ লৈতব মশাই হুংঙাইনব হোৎনবদ অতোপ্পগি মপুন্সিবু থওইদব মচা হুংশি খঙদব, থকসি খাসি নাই-দব নিপাসিবু নংগি নিপানি হায়বদ করি ইজ্জৎ লৈরিবগে ? নপা নপু চেম্বব থবক তৌন্নু। নশাগি ইজ্জৎ ঙাকতুন হুপী অমগি মমল লৈহল্লু। লাও, ইমাগ চৎসি লাও। ইকায়দ্রিবরো নমায়দো ? নখজাইদ খুবাক্ক থাদুন তান্থোকপিরফাওদ লৈনি লৈরদি নংবু পোকতুন মী ওইন শেম্বিরকপ নমা নপাগি মায়দ হামুক তৈশিন-বনি। হৌগৎলো, ইমাই লৈম চৎসি লাকও।

**থাম্বিকলৈম**—( হৌগৎলকতুন ) মতুন ফদোর মাল্লে ইমা। ম্বারিমখৈ থাঙলম্বনি, হুজিক্তি ঐগি পুক্লিংন ইনশিল্লক্লে চৎলো হায়-তুন। চৎসি ইমা।

**সনাতোম্বী**—অতুনিদন হুপীমচা।

**থাম্বিকলৈম**—(অমুক্তেদ ওইন ময়ামদ খুরুম্ব) ইকায় খুন্নরব অজ্জাশিংগি চরন্দ ননাইন ভিক্ষা অমতং নিজগে। ঐবু অমুক থিংবিরম্নু, ইপামদ চৎচরগে ইপুরোইবগি য়াথং ইঞ্জতুন।

**পুকচাউ**—( মপুক্লিং হুংশিন ) ইতৈগি তরেৎলৈম, নংন হায়রিসিবু ঐদি মংগুম খল্লিনে। তাইবংদ মংফাওনতুন ঐখোয় খায়বু থাদোক্লগ মপামদ চৎলগে হায়রকপ ওইরদি পাঙ্গল ফরব নিপা ঐসে পোক্ত ঙায়রিব অঙাংগুমগ্রে।

**থাম্বিকলৈম**—ঐবু ম্বারৌবিরম্নু। ঐ চৎচরগে। (হৌগৎতুন) ইমা, চৎসি।

**পুকচাউ**—অওইবরনে ? নত্তে, অওইমক্কি চত্তোরবর তরেৎ লৈম ?

**থারিকলৈম**—অওইবনি অজ্ঞা। ঐবু ঙাকপিয়ু নিং থুংবিথিব খুদিংমক। ইমা লাকও চৎসি (খোঙকাপ অম'নি থাংদোকই)।

**সনাতোম্বী**—ইবুংঙো পুকচাউ, অপঙবী ননাওম্বুপীনি। মান ইমুংসিদ লৈব মতিক চাদ্রে। মাবু থাদোকপিরো।

**পুকচাউ**—ইনে, মহাক্ক ইমুংসিদ লৈবদি মতিক চাদ্রবনি; অদুবু মঙোন্দ ঐন শিংনিংলিব লমন্দি……।

**থারিকলৈম**—লমনগিদমক খনবিগন্থু। অমরোমদ অজ্ঞান ঐবু মচন অমগুম ন্থুংশিবিরিদো, মতুন শিংবিরকপ লমন ওইরসন্থু।

**পুকচাউ**—(মখোল নিক্ক, মপি চত্তম চত্তম তাদুন) তরেৎলৈম! নংগি তাইবং মীওইবৈ অশেংব থমোইন ঐখোয় খায়বু অফ লম্বীদ লমজিংনিংতুন শিল্লকপ থৌশিল মতুংইন্ন পঙথব নতৈন নতুং ইল্লগ খুৎলোংবু পুন্দুন থল্লিব, মহন্তবু ফারগ থানাদ শিন্নগদৌ থৌরাংলিব, ঐঙোন্দন অহল ওইবৈ দায়ীত্ব শিন্নরম্ব, নং চৎঞদি ইতৈগি শক্তি মাঙখ্রে। য়ুমসিগি মখাদ লৈরগ হিংদোরি ঐখোয়সে, য়ুম নংবু অশিৎ অরান্থান হুমদোকথবদ করন্ন হিংহৌদগেনে লৈম ? অমুক্ত হায়রম্মু, অমুক্ত তাক্লম্মু।

**থারিকলৈম**—ইমা, অজ্ঞাবু পুল্লিসে অমুক্ত থাদোকপিরম্মু। অজ্ঞা, (খুৎলোংদ খুরুম্ব) ননাইদ ন্নারৌবিন্থু. অজ্ঞাহনগি মরাল লৈতে। পুন্নমক ঐগি থৌশিলনি। (মহন্তদ) ইবুংঙো, ঙসিদৈ খাইনব হায়দু ওইরসি। ঐন নহালমখৈ ইকায়খঙদবী ওইন ইমুং-

সিদ খাঙজরম্বদি অমুক হজ্ঞিনবিরক্ল ঐবু হুংশিবির য়াই খঞ্জরুবননি। ঙসিদি ইবুংঙোগি অরেপ্প পূক্লিং খঙজরবনিন চৎচরগে। (মনাক্ত চংশিল্লি, মখোঙদ মরায়বক কৎতুন খুরুম্মি ) লানখি খুদিং ঙাক-পিয়্ম। অঙাংসে হয়েং চাউরক্ল কান্দ ইবুংঙোগি ওইবিয়্ম। ( কপ্প কপ্প হৌগৎলক্লগ মমাগি নাক্ত চংশিল্লকই ) ইমা চৎসি।

**পুকচাউ**—খাম্ব য়াদ্রবনিন লৈম, ঙাইখো। ঐখোয় অনিমক চরা মরি শুরবনি হেনমিন্নরকপ। ঙসি নংন রাল্লু চেংতুন চামিন্নসি থোংলি চাকসে নবুক থন্ন অমুক্ত চাখো।

**থারিকলৈম**—ঐ চাজররোই। চাদ্রস্থ য়াখিনি।

**পুকচাউ**—নত্তে, নত্তে, নংন চাগ্রগ ইতৈ পেঞ্জহৌগে হায়বনি। ইমুংসিদ নোংমত নবুক থন্ন চাখিদ্রিবীনি।

**খুৎলোং**—থারিকলৈম, নংগি নরল নথুম কয়া ইতৈন মাঙহনখি খুদিং মতম অমদ অমুক হজ্ঞিক্কেকো।

**সনাতোম্বী**—চৎসি ইবেম্ম। ( মমান তুং থংতুন তপ্প তপ্প মখোঙ থাংদোকই। মহন্ত নিংঙমদবন মথরায় চাক্লকই। )

**পুকচাউ**—( থুন খুৎলোংগি মনাক্ত চেনশিন্দুন পুল্লিবতু থাদোকই) কৈদৌনি মহাক্ল চৎগ্রবদি ঐখোয় খুদিং নিংতম্লগদবনি।

**খুৎলোং**—তাধন, নিংতম্ব য়াদ্রে। ঐদি থারিকলৈমগি লমন শিংখিদৌরি।

( থারিকলৈম মখোঙ থাংব থোক্লকত্রে, মমিং উশিল্লকত্রে মপিন ফুনখিতুন, মশা পুব ঙম্লকত্রে চারক্তব অমসুং রাখলন,

মকোক হাইরক্লে, খঃহৌদন লৈবাক্ত হাইথগ্রে। মমান চেন-শিন্দুন কোনখৎলি )

**সনাতোম্বী**—ইমাই ইবেম্ম মাংলেদন।

**মহন্ত**—(মথম্মোই চাক্তুন চেনশিল্লি। সনাতোম্বীদগি মুন্দুন কোনখৎলগ মতম্বাক্ত মকোকতু থম্মি।) থা-রি-ক-লৈ-ম !

পুকচাউ
খুৎলোং } মাঙলে, মাঙলে।

( খুৎলোং ঈশিং লৌরুত্তুন পি। সনাতোম্বীন ঈশিংত্থ মচাগি লরাইদ য়ৈবি )

**সনাতোম্বী**—ইমাই ইবেম্ম মাংলেদকো। (মহন্তদ) ইচা শিংঙু, নংন ইচাবু মাঙহন নত্র হিংচাব। ইচা শিংবিয়ো ( ফ্রিং ফ্রিং চোংত্থুন ) ইচা শিংবিয়ো নীঙুংশি খঙদব চঙাল।

খুৎলোং
পুকচাউ } ঙাইখো ইনে। লাই নিংখো।

**খুৎলোং**—লৈম জ্ঞান তারকখিনি।

**থারিকলৈম**—(জ্ঞান খর খর তারকতুন) কনানো ঐবু…ঐবু …ঐবু…কোনখৎ…কোনখৎপিরিব ?

**সনাতোম্বী**—( মহন্তদ ) ইচাবু কোল্লিত্থ থাদোকউ চঙাল। ইচান নংবু তুক্কচ্চে।

**থারিকলৈম**—ইমা, ইমা ! নং কনানো ? নথৌ করি লৈত্থুন ইপুরোইববু অত্থুক থিন চৈরি। ঐ মাবু তুক্কচ্চদে। [খংলাউ লাউরকপ] চৎখ্রো চৎলো নয়ুমদ ইবুংঙোন ঐবু লৌথৎপিরে।

**মহন্ত**—[কপ্পি অমসুং হরাউ হুংশি য়ান্নন] থারিকললৈম।

**পুকচাউ**—ইতৈ পেল্লে তরেংলৈম।

**খুংলোং**—ওঃ নিংঙমদেদকো নিংঙমদব! [কপ্পি লাউন] হোঃ পাবুং, হোঃ পাবুং হুংশিব!

**পুকচাউ**—
**খুংলোং**— } হো পাবুং পুকফব।

**থারিকলৈম**—(থারিকলৈম তপ্প তপ্প হোগংলকই, ওইনজে মহন্তদ) ইমা নং চংলো থেংগ্রগনি। মহন্ত হোগংলক্কুন ময়াম্ব অনিগি মনাক্ত চংশিল্লি! মচিনমনাও কোনশিন্নে।

**পুকচাউ**—
**খুংলোং**—
**মহন্ত**— } হো পাবুং! ঐখোয় লোয়ন জ্ঞান তারে।

(থারিকলৈম য়েংলগ হুংঙাইতবন কংলব মচিনবান হায়ফেৎ কাথোক্কুন মোমোন নোকচৈ।)

---

**মহন্ত**—[কপ্পি অমসুং হরাউ হুংশি য়ান্নন] থারিকললৈম।

**পুকচাউ**–ইতৈ পেল্লে তরেৎলৈম।

**খুৎলোং**—ওঃ নিংঙমদেদকো নিংঙমদব! [কপ্পি লাউন] হোঃ পাবুং, হোঃ পাবুং হুংশিব!

**পুকচাউ**—
**খুৎলোং**— } হো পাবুং পুকফৰ।

**থারিকলৈম**—(থারিকলৈম তপ্প তপ্প হৌগৎলকই, ওইনম্ন্জে মহন্তদ) ইমা নং চৎলো থে'প্রগনি। মহন্ত হৌগৎলক্লুন ময়াম্ব অনিগি মনাক্ত চংশিল্লি! মচিনমনাও কোনশিন্নে।

**পুকচাউ**—
**খুৎলোং**— } হো পাবুং! ঐখোয় লোয়ন জ্ঞান তারে।
**মহন্ত**—

(থারিকলৈম য়েংলগ হুংঙাইতবন কংলৰ মচিনবান হায়ফেৎ কাখোক্লুন মোমোন নোকচৈ।)

